# ꯁꯥꯟꯇꯤꯒꯤ ꯇꯨꯡꯅꯐꯝ– ꯒꯧꯔꯤꯌꯥ ꯕꯩꯁ꯭ꯅꯕ ꯙꯔꯝ

# শান্তিগী তুংনফম– গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম



রামেশ্বর সনসম

# ꯁꯥꯟꯇꯤꯒꯤ ꯇꯨꯡꯅꯐꯝ— ꯒꯧꯔꯤꯌꯥ ꯕꯩꯁ꯭ꯅꯕ ꯙꯔꯝ

# শান্তিগী তুংনফম— গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম

রামেশ্বর সনসম

মণিপুর সাহিত্য পরিষদ
থৌবাল ডিস্ট্রিক মশা, ৱাংজিং।

শান্তিগী তুংনফম– গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম

SHANTIGEE TUNGNAPHAM– GOURIYA VEISHNAB DHARMA

Written by Rameshwor Sanasam





| | | |
|---|---|---|
| লাইৰিক | : | শান্তিগী তুংনফম গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম |
| অইবা | : | ৰামেশ্বৰ সনসম |
| অহানবা ফোঙবা | : | ইং ২০০৮ |
| মমল | : | [illegible] |
| কোপী মাশিং | : | ৫০০ |
| © | : | অইবা |
| অফোঙবা | : | মণিপুৰী সাহিত্য পৰিষদ<br>থৌবাল ডিষ্ট্রিক মশা, খাংজিংগীদমক<br>অইবা মশামক |

লাইবিক অসিগী বনান অইবগীনি।

---

নম্ফম:

সিবোই অফসেট প্রিন্টর্স

থৌবাল কৈথেল

# অইবগী ৱারোল

*"Religion which solves the greatest problems of life and bestows the choicest gifts in life has helped greatly in development of humanity, it as laid down values and standards and has pointed out principles for guidance of human life and society".*

মথক্কী ৱারোল অসিনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা ৱাখল অমা ফাওহল্লি অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা খনিংবা পোকহল্লি। ধর্ম্ম হায়বসি করিনো অমসুং মসিনা মতৌ করম তৌদুনা মীওইবা সমাজদা বম্বা মখলগী দান পীগদৌরিবনো? সমাজগী মনুংদা হিংদুনা লৈরবনিনা মীওইবা খুদিংমকপু ধর্ম্মনা কদাই ফাওবা মতেং পীবা ঙম্বা মরী লৈননা চাওখৎ খোঙথাংগী লমজেল, মমল লৈনা হিংবগী থাক থম্বা ঙম্নবা হোৎনবা তারবদি করম্বা নিতি নিয়ম ঙাক্লা চৎলগা খ্বাইদগী থোইরবা অপাম্বা পন্থুং ফংবা ঙমগদবগে হায়বদু উত্তুনা তাক্লি। মমাংঙৈদগী হৌনা ধর্ম্মনা চাউরবা থৌদাং মীওইবা ঐখোয়গী য়াইফ-নুংঙাইগীদমক্তা লৌদুনা লাক্লি খুদম ওইনা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবা পুন্সি মশক খঙবগা লোয়ননা, মায়াগী লাংদা থুদুনা নাইতোম পুন্সি মরেলদগী কনবা ঙম্মী অমসুং পুন্সি অর্থ থোক্লা হিংননবা লম্বেল তাক্লি। মীওইবা ঐখোয়গী ৱাখল, ঈশ্বরগী মরমদা পৃক্লিং থিংজিনজরগা, ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালগা লোয়ননা মহাক্কী সেবাদা পৃক্লিং লূপচরগা মীওইবা খুদিংমক জাৎ বিজাৎ খায়দনা, অৱাংবা থাক্তা কাবা ঙমগনি অমসুং পুন্সি মহৈ য়ানগনি হায়বা ৱাফম অরেপ্পা ওইনা ধর্ম্ম লৈবা পুন্সিদা পীবা ঙমগনি হায়না পাবিরিবা খুদিংদা পাউজেল পীজরি। চাওখৎলবা সমাজ অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা মদুগী মনুংদা লৈরিবা নাগরিকশিংগী, অচেৎপা লমচৎ-শাজৎ তঙাইফদনা চঙই। শেংলবা অচেৎপা থম্মোয় লৈরবা, মহৈ-মশিং মপূংফানা হৈরবা, ধর্ম্মগী নিতি নিয়ম ঙাক্লা চৎলবা অমসুং ধর্ম্ম চেনবী মমাশিংগী থম্মোয় পেল্লবতদা জাতি অমগী লমচৎ-শাজৎ, থৌনা-লিংজেল অমসুং অপূনবা শক্তম শাগৎপা ঙমগনি। গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম হৌদোকপীরম্বা শ্রীচৈতৈন্য মহাপ্রভু, রাধা কৃষ্ণ অনীগা পুল্লপ অমত্তা ওইনা পৃক্সিল্লগা কলি যুগতা অবতার তৌরকখিবনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনীং লম্বেল অমসুং মসিগী ৱাখল্লোন মপূংফানা থম্বিরম্মী।

হায়রিবা ধর্ম্ম অসি প্রেমভক্তিনা য়ুম্ফম ওইরগা মী অমসুং ঈশ্বর অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরী তাকপদা অথোইবা লমজিং মৈরা ওইরিবা ধর্ম্মনি। ভারতকী লৈমাইথক শীন্দুংনা ধর্ম্ম অসিগী মতিক মঙাল শন্দোকই অমসুং ধর্ম্ম অসিবু 'সনাতন ধর্ম্ম' হায়নসু খঙনৈ। ভারতখণ্ডদা হৌরম্বা ধর্ম্ম পাম্বী অসি হৌজিক্তি মপাল লৈবাক কয়াদা মসিগী মশা-মরেং শন্দোরক্লি। "শান্তিগী তুংনফম গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম" হায়না মীংথেনমা লাইরিক অসি Anthology (ৱারেং অমসুং শৈরেং পুল্লপ) মখল অমনি। Reference কীদমক শ্রীধাম মায়াপুর চৈতৈন্যমঠতগী লাইরিক খরা, শ্রীমদ ভাগবত গীতা অমসুং চৈতৈন্যচরিত্রামৃতনচিংবা পৃথিবী শীন্দুংনা খঙনরবা লাইরিক কয়াদগী মচাক খোমগৎচবনি অমসুং ইশাগী মত পীজবগা লোয়ননা খুদোল তৌজবনি। কাহেন্না পাকশন্না নৈনরুবা ফোঙদোকচবা ঐগী শক্তিগী ৱাংমদনি অমসুং মরুওইবা মতাং খরা লৌখৎচরগা ইজবনি। মহাপুরুষ কয়ানা পীবিরম্বা পাউতাক, ভারত মনুংগী ওইবা অমসুং মপাল লৈবাক্কী ফিলোজোফর কয়াগী মত ধর্ম্মগী মরমদা, রাজনিতি অমসুং ধর্ম্মগী মরী, মীওইবা ঐখোয়গী চিঞ্জাক অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা মপূং ফাবা ওইদ্রগসু খরমখৈ ফোঙদোকচবনি। মদনমুহন অমসুং মদনমুহিনি অনীগী মহিমা কনানা শিংথাদুনা মপূংফানা ফোঙদোকপা ঙমগদগে? মহাসাগরগী মতৌগুম শিংথাবা ঙম্লরোইদবা রাধা কৃষ্ণ অনীগী লোইনাইদ্রবা প্রেমগী লীলানি। অরোইবদা ঐহাক্না পাবিরিবা খুদিংদা হায়জনিংবদি পঙলবা ঐহাক্না লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবগী অথোইবা মরম য়ুগলরুপকী সেবা পামজবদগীনি খনবিদুনা অশোয়বা কয়াবু নাথৈবিরগা লৌখৎপিগনি। সাহিত্যবু নৈনজবা পাম্বা মীশক অমা ওইনা ঐহাক ট্রান্সলেটর অমা ওইনা তশেংনা হীরম অসিদা খোঙদাবা হৌরকখি। ক্রাইম অমসুং ডিটেক্টিভকা মরী লৈননা short stories and novel ঈংরাজী লোন্দগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্নুনা ফোঙখি। অদুবু হৌজিক্তি চহী য়ামখৎলকপনা মরম ওইদুনা ঐগী ৱাখল ধর্ম্মরোমদা পূক্লিং থিংজিনজরে।

মরম অদুনা ইশানা ইজবা লাইরিক "শান্তিগী তুংনফম গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম" কৌবা লাইরিক অসি মীয়ামদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল ডিষ্ট্রিক মশা ৱাংজিংগী মেম্বর অমা ওইবা মরম্না সংস্থান অসিগী মতেংগা লোয়ননা পাবিনবা লাম্থোকচরি। পূম্নমক্কী মফমদা নোল্লুক্লা খুরুমজরি।

*নোল্লুকচরিবা*

*রামেশ্বর সনসম*

*লমদিং চেরাপুর*

# য়াওফম তাকপা

১। ভারতকী থায়নদগী চৎনরক্লিবা ৱাখল্লোন,
ধর্ম্ম অমসুং লমচৎ-শাজৎ / ১
২। ইন্দিয়ানশিংগী চৎনবী অমসুং নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা / ৪
৩। ইবুংঙোগী মফমদা আত্মা স্বমপর্ন (থৱায় কচ্চবা) / ১৫
৪। হরিদাস ঠাকুরগী ৱারী / ২২
৫। চৈতৈন্য মহাপ্রভুনা নাম শন্দোকপা / ২৫
৬। বৃন্দাবনগী লীলা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মগুন / ২৯
৭। গৌড়িয়া ধর্ম্ম পরমপরা অমসুং গোশ্বামীশিং / ৩৩
৮। তৃন্নস্বদগী আত্মানা মীকপ থোকপা / ৩৭
৯। ঈশ্বর ফংননবা লম্বেল / ৪১
১০। প্রেমরস করম্না ফংগনি / ৪৮
১১। ধর্ম্ম অমসুং চিঙ্গাক / ৫২
১২। ধর্ম্ম অমসুং রাজনিতি / ৫৬

# শান্তিগী তুংনফম– গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম

ভারতকী থায়নদগী চথরক্লিবা ৱাখল্লোন,
ধর্ম্ম অমসুং লমচৎ-শাজৎ

সংসারসিদা লৈরিবা মীওইবা খুদিংমক্না মশা-মশাগী ওইজনবা অনীংবা অপাম্বনা থূমহৎলদুনা নাপলগা লোয়ননা পুক্নি লেল্লি। মশাগী ৱাখল খনবা ওম্বগী শক্তি লৈরবা জীবশিং অসিনা মশাগী কান্নবতা খন্দুনা, করম্বা অমাওবা, অশোয়বা লৈবগে উদনা জীবশিং অসিনা মায়াগী নমথাক-লাংদা অরানবা লম্বেলদা খোঙদারি, মশাগী অশেংবা পুক্নিগী পান্দম থুগায়নবা হোৎনরি। অরানবা লম্বেলদা খোঙদারবা সংসারগী মনুংদা মীওইবা জাতিনা শান্তি থিরি, ফংবা ওমদে অদুগী মহুত্তা অৱা-অনা কয়া অমা মায়োক্লরি। মপালথোঙগী শক্তম্না শুমহৎলদুনা, হয়িং শঙ্গু অমনা অচাকপা মৈরীদা চোংশিন্দুনা প্রান থাবগী হৈনবী লৈরি। ককচেংশিংনা চিনি অঙাংবা মহাউ তংনবা খৌরাংলি লোয়ননা পুক্নিগী অরোইবা তাঞ্জা মায়োক্লরি। খোইমুশিংনা থম্বালদা তোংদুনা লৈহী চুপ্লি খৌরাংবা কোক্লরি অদুবু নুমিৎ তারকপনা মরম ওইদুনা থম্বালগী লৈনা থূপচিনখিরম্মী লোয়ননা খোইমু প্রান মাঙলম্মী। ঙানা খোইচাক করাম্বনা মরম ওইদুনা খোইদা থুই। শাদানবশিংগী নুংশিরবা ঈশৈনা শজিবু শুমহৎলি অমসুং শজিশিং অদু শাদানবগী খায়াত্তা তাই। ময়াই কারবা শামু লমশা লাবা অদু নুজা মহাক্কী মশুংলাংগীদমক শারংদা লায়না থুখিরম্মী। লোয়ন-লোয়ননা লাইনীংবা মুনি ফাওবা অমম্বা মায়াগী কোমনুংদা খুদোংথীবা থেংনদবা নত্তে। কনাগুম্বা মীওই অমনা সংসার অসি কল্লক মীহৌ, অপাম্বগী ৱাখল থদোক্কুনা ত্যাগ তৌবা অরায়বা ওইবা য়াই অদুবু মশাগী নাপল অমসুং ঐনা অথোইবনি হায়বা ৱাফম্না মহাক্কী কপাল (লাইবক্তা) মশক ফজরবী জগোইশাবী

লৈশাবী অমনা ফমদুনা, মহাক্কী থম্মোয়বু শুমহৎপগা লোয়ননা মীত্তাহল্লি। মায়ানা ইজ্জৎ অমসুং মীংচৎকী অরোনবা ফিজোল লৈতেংলগা বুদ্ধি লৌশিং লৈরবা কয়াবু, মসিগী শুমহৎযাইগা লোয়ননা খুবামনুংনা বন্দি থমই অমসুং ধর্ম্মগী মরমদা নৈনদবা; মশক খণ্ডবা অমা ওইনা পুন্সি লৈখা তাহল্লি। শাস্ত্রনা অসুম্না লাউরি "সাধু সাবধান হে, সাধু মতম খুদিংমক্তা চেকশিল্লু"। শামু হায়বা শাদুনা সহরগী লম্বেল কয়া ফাওদুনা চৎপা মতমদা, চিংলেম্না নাকয়েৎ অনীমক্তা য়েংবা তৌদনা; অসুম তৌদুনা মীওইবা খুদিংমক্তা মহাক্কী পুন্সিগী অরোই পম্বুং ফংনবা হোৎনবদা তোয়না চেকশিনবা তাই। অসুম্না ওইবা য়াই জীব খুদিংমক্তা, অচুম্বা মরম ফংননবা, পূক্লিংদা মপূং ফানা থাজবগা লোয়ননা অশেংবা ধর্ম্মগী গুরু অমদা চঙজবা তাই, অদুবু অঙকপনি মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না, মখোয়না ফংনবা তাল্লিবা পান্দম লমখাঙদা কাউথোকপা ওইথোক্তবা নত্তে অমসুং অরেম্বা মপূং ফাদনা মাঙহল্লি। অমনা অমদা লৌনম লাং থাকপা হায়বসি সংসারগী চৎনবীনি অমসুং মতম খুদিংমক্তা লোয়নদুনা লৈরিবনি। কৈশালনা কৈগী মউল উপশিল্লগা শাশিন্নবা অনৌবা ব্রাফম নত্তে, অদুবু পুন্সিগী অতোপ্পা লম্বী অমদা হায়বদি ধর্ম্ম চেনবা পুন্সি অমা ওইরবদি মসি থোইদোক্না খুদোং থীনিংঙাই ওইদে। মশানা মশাবু নাপলগা লোয়ননা ঐনা পূম্নমক্তগী মহেল্লে হায়বা ব্রাখলনা অব্রাংবা থাক্কী ব্রাখল অমসুং থকশি-খাশিগী নিয়মদগী লান্না চৎখিগনি। ঐখোয়গী আত্মাদা লৈরিবা কল্লক-মীহৌবগী ব্রাখল পূক্লিংগী ফিভম ঐখোয়গী লমচৎ শেমগৎপা তাবদা তশেংনা চুমথোক্তুনা শেংদোকপা তাবনি। মী অমা ওইবগী মপাম্ব্লোংগী অশেংবা শক্তম, থম্মোয়নুংদা শেংদোক্তগদি কৈদৌঙেদা সংসারগী ওইবা মপাম্ব্লোংগী ফজবা মতৌ কয়া অসি থাদোকপা ঙম্লোই। ঐখোয়গী আত্মা অসি নোংলৈ নুংশিৎকী পাংখক ওইরবা অপাম্বা, কল্লক-মীহৌবা, শাগৈ নাতৈ, মরী-মতাগী ব্রাখলনা খুদুম চন্দুনা লৈরিবা মখৈ, মপূং ফানা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা ফংবা ঙম্লোই। ধর্ম্ম চেনবা মী অমা হায়বসি, নুংগী ওইবা নৌহৌনা শেমদোক্নবা পুন্সি মখল অমনি মরমদি আত্মানা অপাম কল্লক-মীহৌগী বন্দিদগী নাম্থোক্নবনা পুন্সিগী নুং হঞ্জিন্না লৈরিবা মগুন খঙবা ঙমই। লৈরিবা দর্শন শাস্ত্রগী মওং অসি তশেং-তশেংনা মীৎনা অরেপ্পা মুর্ত্তি ওইনা উবা ঙমদবনা, মরম অসিনা দর্শন শাস্ত্র খুদিংমক মঙলান্দা শাগৎপা ওইগনি।

শ্রীচৈতৈন্য মহাপ্রভু প্রেমরসকী তুংনফম ওইবা নিংথিজরবা শক্তম, জীবশিংগী লানবীনবা অবতার তৌবিরকপা ইবুংঙোনা অসুম্না তাকপীরম্মীঃ

*না ধনম না জনম না সুন্দরম কভিতম ভা জগদিশা কামায়ে?*

*মম্ম জনমনি জনমনি ঈশ্বর ভাবতত্ত ভক্তিরহাইতকি ত্বায়ি॥*

"হে, জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণ, ঐ সনা লুপা লনথুম, অচাউরমগা লোয়ননা মীনাই মীশল নত্রগা অকে-অমৌনচিংবা কল্লকপা তৌজদে। ঐগী মপোক খুদিংমক্তা নহাক্কী চরন সেবা ফংজবখক্তং পীনবিয়ু, ঐ অসে নহাক্কী চরন থম্বাল কাউদবা পীনবিয়ু"। লেপ্পা নাইদনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোঞ্জরবা (কৃতানিয়া সদা হরি) মশানা তানা তিংথৌ মতোন্দগী হেন্না নোল্লুকই হায়বা গুন পীবিরক্কনি, নাপল কারবা চাউরবা উপালগী শক্তম থাদোক্কনি।

শ্রীকৃষ্ণদাস গোশ্বামীনা, শ্রীচৈতৈন্য তরিতামমৃতগী মনুংদা, অসুম্না তাকপীরম্মী, "অত্মেন্দ্রিয়া পৃতি বংশ তারে বালিকম, কৃষ্ণেন্দ্রিয়া পৃতি বংশ ধারে প্রেম নাম" নহাক্না পাওথোক্লিবা থবক খুদিংমক, হরিগী খুয়াখাদা তৌজবনি, পেনবীহৈবা ইবুংঙো, মহাক্তনা নুংশিনা তরাম্না ওকপীরি। অদুগী মথক্তসু, পৃথিবীদা ফংলিবা লনথুমগী কান্নবা খুদিংমক ইশানা ইশাবু লৌনম তৌজবতা নত্তনা অতৈ করিসু নত্তে। কৃষ্ণবু নুংশিবা প্রেমতনা ইবুংঙো মহাক্কী পেন্নবা পাম্বৈনি, মসিখক্তনা জীবগী পুন্সিগী পান্দম ওইগদবনি, অদু নত্তদুনা পুক্লিংগী নুংঙাইনবা খল্লিবা খুদিংমক অরেম্বা মহৈ ফংলরোইদৌবা কর্ম্ম ঙাক্তনি।

ভক্তিদা লূপচবা মীশক অমা ওইনবগীদমক ইবুংঙো মহাক্কী নাম শোঞ্জবা (শ্রাবন) অমসুং শকচবা (কৃতন) তৌজবনা তোল্লবা ঐগী থম্মোয়নুংদা ইবুংঙো মহাক্কী থৌজালনা মীনুংশিগা লোয়ননা কৃপাগী মরু হুনবিরি। অসুম অসুম প্রেমগী ইনোৎ হাপকৎনবগীদমক্তা অমসুং আজয়ুতাপাদপদ্মাদা চঙজরগা ব্রজ বৃন্দাবন ফংনবগী থৌরাংবগা লোয়ননা, মফম অদুগী ব্রজ ভুমীদা ফমজরগা, মপুং ফানা মুল্লবা উহৈগী পাংখক ওইরবা প্রেম শিম্ভুদুনা, প্রেমনা ময়াই কারক্তুনা ইবুংঙো ইবেম্মা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তিদা খুরুমজদুনা অনীগী সেবা ফংহনবা পীনবিয়ু। ননাই ঐহাক্কী মীত্য শংশংনা দিক্ষা পীনবিরিবা শ্রী গুরু ত্রিদান্দি স্বামী শ্রী শ্রীমদ ভক্তি বিলাস তির্থ গোশ্বামী মহারাজগী মখাদা বিমাল মঞ্জুরি হায়বা নাম ফংজরগা ইবুংঙো ইবেম্মগী সেবা ফংহনবিয়ু।

মথিক নেম্বা মীনা ব্রাংনা চোংখত্তুনা থা লাম্বগুম, মরম অদুগুমদুনা ঐগুম্বা তোল্লবা জীব অমনা ফংবগী ওইথোকপা লৈতে প্রমান অমদা মথিক নেম্বা ঐগুম্বা মীশক্না কৃষ্ণগী চরন ফংবা থা লাম্বগুম্বনি। অদুবু শেংলবা ইবুংঙো মহাক্কী চরনগী ধুলি (উফুল) দা কৃষ্ণবু নুংশিজবা ভক্তা অমা ওইনা ওন-থোইদুনা ঈরুজরবা মতম অদুতদা ইবুংঙোগী কৃপা ফংবা ওইগনি। কৃপাগী থৌরীনা ইবুংঙো মহাক্কী খুয়াখাদা ট্রাম গাড়ীনা অগুম্বা চিঙয়াং এলেক্ট্রিক্কী শক্তিনা পুখৎতুনা চীংদোল য়ৌবগুম চিংশিনবিগনি।

## ইন্দিয়ানশিংগী চৎনবী অমসুং নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা

"ভারতকী মশাগী ওইবা ধর্ম্মগী লিচিং অমগী মখাদা অপূনবা শক্তম লৈজে। হায়রিবা শক্তম অসি পৃথিবীগী নোংপোক অমসুং নোংচুপ লৈবাকশিংদা উবা ফংদে। অসিগুম্বা অপূনবা শক্তম অসিনা, খেন্নবা কয়া লৈদুনসু, ভারতকী সভ্যতা, সংস্কৃতি সমাজদা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা ঙমহল্লি অমসুং ইতিহাসকী ওইবা য়ৈখায়-থিনগায়বা অরাজক কয়াদগী মচোই-মচোই তাখিগদবদগী কনবা ঙমহল্লম্মী। মপাল লৈবাকশিংদগী ধর্ম্ম চৎতবা মীনুংশি খণ্ডদবা কয়ানা লান্দাশিল্লকপা, লৈবাক মনুংগী ওইবা ইরাং কয়া, স্তেট অমগা অতোপ্পা স্তেট অমগা ঙমখৈগী নত্রগা অতোপ্পা মওং অমদা খুৎ থোক্লরকপা কয়া ইতিহাসনা ময়েক শেংনা পল্লি, অদুবু মনুংগী ওইবা লৈবাক্কী পুন্সিদি অদুম হিংদুনা লাক্লি। সমাজগী শক্তম, চহী চা কয়াগী মমাঙদগী চত্থদুনা লাক্লি অমসুং মপানদগী চঙলকপা ঈথিল্লা থুগায়বা ঙল্লমদে। ধর্ম্মগী ওইবা মহাপুরুষ কয়াগী মীরোলশিংনা ভারতমচাশিংগী পুন্সিদা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা, চহী কয়া মখা তানা হিংমিন্নদুনা লাক্লি মপাম্বোংগী খেন্নবা কয়াবু নাথৈরগা। ধর্ম্মগী গুরুশিংনা ভারতবাশিশিংদা লমজীং পীবম্মী। মখোয় কৈদৌঙৈদা রাজনীতিগা চয়েৎনবা তৌরমদে। রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা নত্রগা লৈবাক্কী মপু ফম্নাইবশিংনা কৈদৌঙৈদা হিংননবগী লম্বেল তাকপীরমদে" হায়দুনা গুরুজি শ্রীল ভক্তি বিলাস তৃর্থ গোশ্বামী মহারাজ, প্রেসিডেন্ট আচার্যদেব, শ্রীচৈতৈন্য মঠনা তাকপীরম্মী।

ধর্ম্মনা পৃথিবীদা লৈরিবা চাউর-চাউরবা সমস্যা কয়া কোকহনবা ঙম্মী অমসুং খ্বায়দগী

থোইরবা অনীংবা অপাম্বা পূম্বা পীবিরি, মসিনা মরম ওইদুনা মীওইবা জাতিনা চাউখৎপগী লম্বেলদা খোঙদারি, মসিনা মীওইবগী হিংবগী মমল অমসুং থাক থম্বা ঙমই অমসুং মীওইবগী পুন্সি অমসুং সমাজদা লমজীং-লমতাক্কী নিয়ম কয়া তম্বীরি।

হৌজিক্কী চাউখৎলবা সমাজ অৱা-অনা কয়া অমা মায়য়োক্লরি, চয়েৎনবা কয়ানা থল্লবা কাঙলূপকী সমস্যা, অৱাংবা অমসুং অনেম্বা কাঙলূপ অমসুং পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাকশিংগী মরক্তা লমচৎ-শাজৎকী ৱাফম শেমদোক্লবা লন্নাই মীওইশিংদা কন্না দরকার ওইরক্লি। মতম অসিগী মরুওইবা দর্শন শাস্ত্রগী ৱাফমদি হৌজিক চৎলিবা সমাজগী ঈচেল অসি চুমথোকপা তঙাইফদে, পোৎকী মমল অমসুং অচুম্বা ৱাফম তোঙান্না তশেংনা খায়দোক্লবা তাবা, অমবোমদনা লন্নাই মীওই অমসুং সমাজগী চৎনবী ঈচেলগী মরক্তা ময়েক শেংনা তোঙান্না উৎপা ত্তাবনি।

ধর্ম্মগী মথৌদি মীওইবা খুদিংমক্লা পুন্সি মশক খঙনা লমচৎ-শাজৎ থাক ৱাংনা হিংননবা পাউাক পীর্বানি, মায়াগী সংসারদা নাইতোম হিংবদগী কনবনি অমসুং ঐখোয মীওইবা পূম্বা অচুম্বা মশক খঙনা হিংবা ঙম্নবা লমজিংবনি। ধর্ম্মখক্তনা অনৌবা পুন্সি মরেল অর্থ থোক্লা পীবা ঙম্বনি। ধর্ম্মনা পীরিবা পুন্সিগী থাক অমসুং মদুগী মমল মপূং ফারবা, লোইবা নাইরোইদৌবা অমসুং হিংদুনা লৈবগদবা পোৎশক্লি। ধর্ম্ম চেনবা সংসাবনা পোৎ-চৈ লনথুমগী সংসারদগী হেন্না শেংবা ওইগনি। ধর্ম্মগী ওইবা পোৎশকশিংগা পৃথিবীগী শেলগী ঈচেলগা চয়েৎনবা তৌরোইদর্বনি। বোম সহর, খমথেংনা চাউখৎলম্বা, মতম শাংনা চঠী চা কয়া লোইবা নাইববোই খন্না ঙাল্লম্বা, লৈখা তাখিবম্মী। মীওইবা হাযবা জাতি অসি মতম পূন্নমক্তা মখোয়না খাঙবা কনবগা লোয়ননা শাগৎচবা পোৎলম খুদিংমক হেক হেক মচিৎ মচিৎ থুগাযনবা থৌরাং তৌদুনা লৈ।

খোইহী অমসুং মাখন্না পাথোক্লবা পাত্রগী পাংখক ওইরবা সমাজ, পাল্লিবা সরকার অদুগী অকনবা থৌরাং মখাদা; মসিনা কৈদৌনুংদা ঈরাং লাকশিনবা ঙল্লোই মরমদি ৱাফম অসি হৌজিক্কী সংসারদা মফম খুদিংমক্তা মরাতানা হিংদুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা চয়েৎনববা লৈতাদ্রবা পুন্সি লম্বেলদগী নাম্থোক্লবা পাম্বৈদি ধর্ম্মখক্তনা ওইগনি। কলি যুগতা লাইনীং লম্বেলগী ঈচেল অসি শাগৎনবা ধর্ম্মগী মহাপুরুষ কয়া অবতার তৌখিরম্মী। শ্রীরামানুজা, মাধবা, নিমবরকা অমসুং বিষ্ণুস্বামীনচিংবা কয়ানি। পূম্নমক্তগী অথোইবা ওইনা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম হৌদোকপীরম্বা চৈতন্য মহাপ্রভুনা নৌহৌনা প্রেমরসতা যুম্ফম ওইবা, ঈশ্বরনা মীওইবশিংবু করম্না কৃপা পীবিবগে হায়বা মপূং ফারবা লাইনীং লম্বেল তাকপীরম্মী। ইবুংঙো

মহাক্না অসুম্না তাকপীরম্মীঃ 'মী হায়বা অসি ঈশ্বরগী কায়দোনি, মী খুদিংমক ইবুংঙো মহাক্কী মনাইনি, জাৎ কুচুগী য়েংলগা মীগী মরক্তা খেন্নবা থল্লোই, পূম্নমক্কী মথক্তা মী খুদিংমক তোল্লবা জীব অমনি হায়না পুক্সি লেনগদবনি। মপূং ফারবা সংসার লৈবা হৌনদে, পূম্নমক ঈশ্বর মহাক্কী গর্ভনুংদা তূংদুনা লৈবনি'।

ভারত লৈমাইথক শীঙ্গুংনা ধর্ম্মগী ইনোৎ কারম্মী। শীৎলিবা নুংশিৎনা তাক্লি সনাতন ধর্ম্ম হিংদুনা লৈরি হায়বা।

অব্রাং মায়কৈ খমথেংনা হিমালয় চীংশাংনা শন্দোক্তুনা লৈরি। মসিগী মনুংদা বিষ্ণুগী চাউরবা মনাই কৈলাশপতী (কেদারনাথ) অমসুং বৈকুন্ঠপতি নারায়ন (বদ্রিনাথ) লৈরি। হিন্দুশিংনা ঙল্লিঙৈগী মতমদগী অব্রাবা চাউরবা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লদুনা লাইফমশিং অসিবু দর্শন তৌদুনা লাক্লি। হৌজিক্কী মতমদা সরকারনা থৌরাং কয়া পায়খত্তুনা লাইফমশিং অসি য়ৌনবা হোৎনবদা খুদোংচাবা কয়া লৈরগসু, মমাংঙৈদদি লাইফমশিং অসিদা চৎখিবা যাত্রিকশিং হল্লকপা ঙমগনি হায়বগী থাজবা লৈখিরমদে। শেংলবা গঙ্গাগী ঈচেল বিষ্ণুগী খুয়া থম্বালদগী হৌরকখিরম্মী অমসুং মথংদা কৈলাশপতি শিবগী কোকথক্তা তারগা লৈবাক শীঙ্গুংনা শেংদোকপীরম্মী। যমুনা তুরেল, শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনগী মনুংদা রাশলিলা শান্নফম ওইরিবা তুরেল অসিসু হিমালয় চীংদগী হৌরকপা ওইরম্মী। হিন্দুশিংনা অসিগুম্না শেংলবা ঈচেলশিং অসিদা ঈরুপচরগা পাপ কোকই হায়না থাজনরম্মী। নোংপোক মায়কৈ পুরিদা শ্রীজগন্নাথ দেবগী মন্দির লৈ। খমথেংনা নোংপোক মায়কৈ য়েংলুবা মতমদা শেংখ্রবা শ্রীচৈতৈন্য মহাপ্রভুগী পোক্লফম ওইরিবা শ্রীধাম মায়াপুর লৈ, মফম অসিদা অবতার ওইবিরগা জগৎ জীব পূম্ববু লানবীনবা থৌজালগী ঈরিক শীকপীরম্মী। গয়াদা শ্রী বিষ্ণুগী চরন্দা হিন্দুশিংনা শিখ্রবা মপা-মপুশিংগী শ্রাদ্ধ পাঙথোক্লে, মী খুদিংমক্না সংসারগী ওইবা ব্রাফম অমসুং অরোইবা মথৌনি হায়না লৌনৈ। মথংদা কাশিদা (বরানসি) বিশ্বেস্বরা শিবগী মন্দির লৈ। মফম অদুদগী লাইনীংবা কয়ানা প্রয়াগ য়ৌগনি। লাইনীংবা মীওইশিংনা মরু কোকথোক্লগা ত্রিভেনিদা, গঙ্গা, যমুনা অমসুং স্বরসতি অহুমগী ঈতিনফমদা, স্নান তৌগনি। ব্রজদা স্নান তৌরবদি বেনিমাধব দর্শন ফংজবনি হায়না লৌনৈ। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা অবতার তৌখিবা মফম মথুরাপুরীদা চৎলগনি। অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী শান্নরোই খোঙবু ওইনা গোলুকা বৃন্দাবন্দা চঙজরগনি অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী লিলা কয়াদা শরুক য়াবা ঙম্নবা মহাক্কী চরন্দা চঙজরগনি।

নোংচুপ মায়কৈ খমথেংনা দ্বারকা লৈরে, মসি উরুবদা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিরবা প্রেমগী লিলা কয়া নীংশিংহল্লি। খা মায়কৈ চাউরবা অচার্য্য মরিগী লমদমদা শেংলবা তৃথ-ধাম কানচি,

তিরুমালি, তিরুপতি, শ্রীরঙ্গম, রামেশ্বরম, ধনুসখোডি অমসুং শেংলবা ঈচেলশিং গোদাবরি, কৃষ্ণ, কাভেরিনচিংবা কয়ানা তৃথ যাত্রিকশিংবু পূক্লিং শুমহৎলি। রামেশ্বরমদা জগৎকী মবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রানা চান্নরবা মনাই শিব মদভক্ত পুজাধিকাদা মহাক্কী থৌজাল হাপ্লিরম্মী। রামেশ্বরম হায়বগী অর্থদি— "রামা ঈশ্বরা যস্যাসা হায়বনি। খা-ভারতকী শিব ধর্ম্ম চৎপা কাংবূ অমনা শ্রীরামাচন্দ্রনা শিব মহাদেবদগী হেন্না চাউই হায়বা ব্রশফম য়ানিংদবা য়াওই। তশেংনা হায়রবদা শিব মহাদেব শ্রী বিষ্ণুগী অংশতগী ওইরকখিবনি। বিষ্ণু হায়বা অসিদি জগৎকী মপু, মনুং-মপাল ফাওনা উবা গুম্বগী শক্তি চেনবা অমসুং যুগ কয়াদা শিবা নাইদনা লৈরগদবা ইবুংঙোনি। মহাক্তনা জগৎ জীবশিংবু শেম্নীরিবা, য়োকপি থাকপিরিবা অমসুং শেন্নবিরিবা মপুনি। ধনুষখোদি হায়বা মফম অসিদগী শ্রীরামচন্দ্রনা লঙ্কাগী রাবন হাৎনবা খোঙশানখিবা মফম্নি। খা খমথেংবা মায়কৈদা ঐখোয় কুমরীকা দেবীগী লৈফম ফংগনি, নহাক্কী মাংদা লাইরেম্বীগী শক্তমদা লেপ্তুনা লৈবা থেংনগনি অদুবু থাঙ্গশেংনা হায়রবদি নুংশি ঈখৌরাংবি গোপীগী ভাব কৃষ্ণগা কায়নবগী মৈশা ফংলবী, খৌরাংনা ইবুংঙো মহাকপু নৌহৌননা মিলন ফংনবা ঙাইরিবীনি। জগৎ জীবশিংবুসু নুংশিবিবা অথোইবা মহাক্কী নুংশি শক্তম্নি।

*যুগ কয়া কয়া হৌখরে ঐনা ইবুংঙো নহাকপু থিজরি*
*পোখাবা নাইদনা মীৎলুদগী পিরাং শিন্থুনা*
*হেঃ ইবুংঙো জগৎকী মপু! ঐঙোন্দগী থাপতোকপীখিনু*
*নহাক্কী চরন থম্বালদা ঐবু চঙজফম পীনবিয়ু,*
*ওঃ ঐ তারে, ঐ তাবে নহাক্কী শুমহৎলবা বাশিগী খোঞ্জেল*
*ঈচেলশিং অমসুং সমুদ্রগী ঈরাউখোল্লক্তা।*

নহাক্না ঐবু অমুক্তং মৃনা য়েংবীরক্লম্মী অদুবু ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। চাকখৎলক্লে থম্মোয়নুংদা লংলবা মনিমুক্তা মচু মাল্লবা মৈরিনা ঙংনা।

মফম অসিদা জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়দা ঈশ্বরগা লৈনবা মরী নাকোইননা তাকই। কুমারিকানা থোইদোকপা অরুবা ব্রাখল খল্লুদনা সমুদ্রগী শংবান্নরবা ঈশিংদা শ্রীকৃষ্ণ লাক্কনি হায়বগী আশাগা লোয়ননা অমসুং মহাকপু নুংশি ঈনোৎ হাপ্লিরগনি খন্দুনা য়েংথোক্লুবনি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু করম্বা মতমদা মহাক্কী নাক্তা লাক্কদগে খঙদনা লেপ্পা লৈতনা ঙাইদুনা লৈরিবনি।

চাউরবা আত্মা কয়ানা ঈশ্বরগী অশেংবা শর্কম মখোয়গী আত্মাগী মীত্তা উবা ওম্মী। "প্রেমাজনাহসুরিতা ভক্তিবিলোচানেনা শান্তাহ্ সদাইবা হৃদ্যয়েসু বিলোকায়ন্তি, য়াম স্যামা সুন্দারম আচিন্ত্যা-গুনা স্বরুপম" তশেংনা হায়রবদা, শ্রীমুর্ত্তি লাৎচবনা অশেংবা ঈশ্বরবু

খুরুমজবনি, অদু নত্রবদি মতিক চানা ধর্ম্মগী মচাক ফংবা ঙমলোই। ঐখোয়গী চিঙ্গাক, লৈশু অমসুং চন্দননচিংবা কয়া ইবুংঙো মহাক্তা কৎকনি অমসুং মহাক্কী প্রসাদি ওইনা মীওইবনা শীজিন্নগনি। ঐখোয়গী মীৎ, নাকোং, নাতোন হকচাংগী ইন্দ্রি কয়া অমসুং লৈয়েং আত্মাগী ওইবা চৎনবী তম্বিবা চঙই; পূম্নমক অদু শেংদোক্লবা থম্মোয়গী মতেংগা লোয়ননা ফংবা ঙমই।

ঙসিফাওবদা মীয়াম্না ফজনা শকখঙলবা অচুম্বা ব্রারী কয়া, শ্রীমুর্ত্তিগা মরী লৈননা লৈরি। মখোয়শিং অদুদি 'সাক্ষি গোপাল', 'ক্ষীর চুড়ামনি', 'গোগীনাথ' - নচিংবা পূম্নমক ভক্ত বৈষ্ণব পূম্বনা খঙনরবনি।

মতৌ করম তৌদুনা শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রা পুরীনা শ্রীগোপালগী মুর্ত্তি ফংখিবগে অমসুং গোবর্ধন চীংদা লিংখৎখিবগে?

ঈশ্বর হায়বসি মীওইবগী শক্তম লৌই অমসুং লাইমক্কী গুন চেল্লি হায়বগী ওইথোকপা লৈ হায়না থাজবা মীওই মশিং পাংয়াম য়ামদে। মখোয়গী মরক্তা শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুবীসু অমনি। মহাক চাউরবা বৈষ্ণব সন্যাসিনি। নোংমা মহাক্না গোবর্ধন চীং পরিক্রমা ওইরবা মতুংদা, মহাক গোবিন্দ কুণ্ডদা স্নান তৌরম্মী অমসুং উপাস্বী অমগী মরুমদা ফমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা লৈরম্মী। মহাক অণ্ডাং অমা থেংনরম্মী অমসুং মঙোন্দা অণ্ডাং অদুনা থক্লবা শঙ্গোম খরা পীরম্মী। নিপামচা অদুনা হায়রম্মী— "ঐ ব্রজগী খুঙ্গংদা লৈবা অঙাংনি, মফম অসিদা কনা অমত্তা চরা হেনবা থিবা ফংলোই। ঐ মী খুদিংমক্তা চাননবা চিঙ্গাক নিরদ্রবসু পী। শঙ্গোম অসি থকউ থুনা, ঐ পাত্র অদু লৌবা অমুক হল্লক্কে" অসি হায়রদুনা অঙাং অদু খঙহৌদনা মাঙথোকখিরম্মী। পুরী পূক্লিংদা ঙকপা ফাওরম্মী অমসুং ঙাইদুনা লৈরম্মী। পুরী ঙাইবা ব্রামল্লদুনা ঙাইহাক উইরুম-উইরুম তৌরম্মী, মমঙদা অঙাং অদু শ্রীগোপাল মশামক ওইনা চোংথোরক্লম্মী।, গোবর্ধন চীংবু থাঙ্গৎপীখিবা ইবুংঙো মশামক ওইনা, ব্রজগী নিংথৌনা থাপতক্লা ইবুংঙো মহাক্কী মুর্ত্তি লিংখৎখিরম্মী, ব্রজগী লমদমদা অবতার তৌবিরিবা ইবুংঙো মহাক্লা মহাক্কী অরোইবা লোইবা নাইররোইদবা গোলুকতা চৎপা মতমদা। ইবুংঙো মহাকপু সেবা চৎচরিবা কাংবূনা, ধর্ম্ম চৎতবা, হিংচা-য়াইতম্বা কয়াগী অকিবা লৈরম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্কী মুর্ত্তি চীংদগী লৌথোকখিরম্মী অমসুং নক্লা লৈবা বন অমগী মনুংদা থল্লম্মী, ব্রাফম অসি ইবুংঙো মহাক্লা তাকপীবা পাউতাক মতুংইন্না পাঙথোকপনি অমসুং ইবুংঙোনা অসুম্না তাকপীরম্মী, "ঐনা মতম কয়া চঙনা মাধব পুরীনা ঐবু সেবা চৎলনবা ঙাইদুনা লৈরিবনি। নহাক্লা ঐবু লাৎচবগী মহেনি, ঐগী মুর্ত্তিবু নৌহৌননা নহাক্লা লিংখৎচৌ"।

পোৎশক অহুমখক লৈ— মণ্ড, মণ্ডাল অমসুং মীৎনা উবা। অচম্বা মীওইবা অমনা শ্রীকৃষ্ণ মাবু মণ্ডদা উই অদুবু মসি ধর্ম্মগী লমদা থোইদোক্লা মরু ওইদে। মরমদি মসি পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইশিংনা মণ্ড লিশিং লিশিং মণ্ডবগুম্বনি অমসুং পূক্লিংগী অহোংবা থোইনা লৈরোই। কনাগুম্বা ইবুংঙো মহাক্কী সেবাদা লূপচবা মীশক অমনা শ্রীকৃষ্ণবু মণ্ডদা উরবদি মসি নোংথাং কৃপগী পাংখক ওইরবা মণ্ডালনি, অদুনা মরম ওইদুনা মহাক্কী পূক্লিং ওল্লগনি অমসুং মহাক অদু মশাদা প্রেমনা নুংঙাইবগী মমি তারগনি মপানথোংগী ওইবা সংসারগী নুংঙাইবা পূম্নমক অসুম অসুম মাঙখ্রগনি। মাধবেন্দ্র পুরীনা মণ্ডদা দর্শন ফংবা মতমদা পনবা তৌদনা করিগুম্বা খরা পায়খৎকে হায়না লেপলম্মী। মণ্ডদা ভগবান্না তাকপীরম্বা মতুংইন্না, মথংগী অয়ুক্তা মহাক্লা মফম অদুদা চৎলম্মী, লৈরম্বা জঙ্গল অদু লুনা-নান্না শেংদোক্লবা মতুংদা লৈরম্বা খুঙ্গংগী মীওইশিংগী মতেংগা লোয়ননা গোবর্ধন চীংদা ইবুংঙো মহাক্কী শ্রীমুর্ত্তি নিরুপন তৌরম্মী। অসিগুম্বা পাউ অসি, খুঙ্গং লিশিং কয়াদা শন্দোক্লম্মী, প্রজা লিশিং লিশিংনা মখোয়না ঙমজবা চেঙ মন লিশিং কয়া অমা, য়াম, ঘি, শঙ্গোম, য়েঙ্খাং-নাপী অমসুং মখল কয়াগী অথুম-অহাউ পুরক্তুনা মফম অদুদা তিল্লম্মী।

ব্রাহ্মন চাম্ম-চাম্মনা, মথংগী নুমিত্তা অয়ুক্তগী হৌরগা মখল কয়াগী চেঙ, হৱাই, তল, মনা-মশিংনচিংবা পূম্নমক লূক হৌরগা পূম্নমক গোপালগী মাংদা থল্লম্মী অমসুং তিল্লিবা মীয়াম চীং অমগী মতৌগুম উবম্মী। শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা খুদিংমক শ্রীকৃষ্ণদা নামগা লোয়ননা থৱায় হকচাং য়াওনা কৎলম্মী। গোপাল কয়াগী মতিক লাম্বগে হাযববু, মতম শাংনা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা চারক্তবগা পাংখক ওইবম্মী। ইবুংঙো মহাক্লা কৎলিবা খুদিংমক লৌখত্তুনা হাবম্মী। তৌরিবা মতৌ অদু মাধবেন্দ্র পুরীখক্তনা উরম্মী। অদুগী মতুংদা ইবুংঙো মহাক্কী খৃৎনা পাত্র খুদিংমক শোক্লবদা অমুক হন্না থন্না য়াওরম্মী।

অমুক হন্না রেমুনাগী গোপীনাথ শ্রীমুর্ত্তি, হৌজিকফাওবদা ক্ষিরচোরা গোপীনাথ হায়না মখাগী থৌদোক অসিদগী খঙনরি।

শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরী হায়রিবা লাইশঙ অসিদা লাক্লম্মী অমসুং ভোগ কৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। হায়রিবা ভোগ অদুবু ক্ষির নত্রগা আমৃতকেলি হায়না খঙনৈ অমসুং নুনিদাংৱাইরম খুদিংগী ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা কৎলম্মী। মহাক্কী পূক্লিংদা অসুম্না খল্লম্মী মদুদি মহাক্লা প্রসাদি অদুগী শরুক খরদং মহাউ তংবা ফংলবদি, মহাক্লা মহাক্কী গোপালদা কৎননবা থৌরাং লৌখৎপা ঙমগনি। মথংগী মীকৃপ্তা মহাক্লা মশামকপু পাপ-চেল্লি হায়না খঞ্জরম্মী, ৱাহৈশিং অসি হায়রদুনা, "ঐঙোন্দা ইকাইবা পীরেনা, ঐহাক্লা পোৎশক অদু মহাউ তংবা পান্লম্মী অদুবু

হৌজিক ফাওবা ঐঙোন্দা পীদে"। মদুগী মতুংদা মহাক মফম অদু থাদোক্লম্মী অমসুং থাগুক্লা কৈথেলগী মফম অমদা তাংজফম লৌদুনা অহিং লেল্লম্মী অমসুং কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা খাওলম্মী। লাইশঙ অদুগী পোরোহিতনা লৈপাক্কী পাত্র তরানিথোই পীক থন্না ক্ষীর হাপলম্মী অমসুং ইবুংঙো মঙোন্দা কৎলম্মী। অদুগী মতুংদা প্রসাদি অদু মীপুম খুদিং থুংনা য়েল্লম্মী লেমহৌবা খুদিংমক মশাগী ওইনা লৌরম্মী। মদুগী মতুংদা লাইশঙ অদুগী থোঙ থিংজিল্লম্মী অমসুং মহাক পোখারম্মী। তাঞ্জা লৌরগা শ্রীগোপীনাথ ইবুংঙোনা পীকথন্না য়াওরবা ক্ষীর পাত্র অমা ইবুংঙো মহাক্না থোল্লিবা আভোরনগী (ফিজোল) মখাদা লোৎশিন্দুনা থম্লম্মী। পোরোহিত অদুগী মমঙদা ইবুংঙোনা অসুম্না তকশিন্দুনা তাকপীরম্মী মদুদি ক্ষীর অদু মহাক্কী ভক্ত কৈথেলগী মফম অমদা ইবুংঙো মহাক্কী নামবু লেপ্পা লৈতনা কৃতন (শক্লুনা) তৌদুনা লৈরিবা পুরীদা পীরুনবা খঙহল্লম্মী। পোরোহিত অদু মীকপ থোক্লম্মী অমসুং লাইশঙগী থোঙ হাংদোক্লুবা মতমদা ক্ষির য়াওবা পাত্র অমা মাঙখিরম্মী মদু তশেংনা ইবুংঙো মহাক্না হুরানখিবনি। পোরোহিত অদু মীপাইবা অমসুং খঙনিংবনা থৃষ্কৎলদুনা কৈথেল পাংনা চেনখিরম্মী পাত্র অদুগা লোয়ননা অমসুং পুরীদা মদু পীরম্মী মঙগী ব্বারী পূম্বা লীরদুনা। হায়নিংঙাই লৈতনা হুরাউবগী ইনোৎ কারম্মী অমসুং প্রসাদি অদু ইকাই-খুম্ননা লৌরম্মী। মাধবেন্দ্র পুরীগীদমক্তা শ্রীগোপীনাথ ইবুংঙোনা ক্ষীরগী পাত্র হুরানখিবনি অমসুং মতম অদুদগী হৌরগা 'ক্ষীর চোরা' হায়না থোনখিবনি। শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী ময়ূম-মকৈ লিংদ্রবা মহা মশাগী হিংননবগীদমক্তা মীঙোন্দগী চেঙ খুজোক লৌদ্রবা থোইদোক হেন্দোক্লা চাউরবা মখলগী লাইনীংবা মী ওইরম্মী, অদুম ওইনমক গোবর্ধন চীংদুম মথক্তা, ঈশ্বর মহাক্কী মুর্ত্তি লিংখৎখিবা (ইবুংঙোগী য়াথং ফংলবদা পনবা তৌদনা অমসুং অন্নাকুটা (চাফম-থকফম) শেমখিবা ব্রাহ্মন অমা ওইরম্মী। মহাক গোপালনা তাকপিবা মতুংইন্না বৃন্দাবনদগী পুরী ফাওবা শাংলবা লম্বী ফাওদুনা চন্দন লৌবা চৎলম্মী। নোংমা মহাক ফৃইনা হৌবা নোংহৌগী শরুক, ইবুংঙো মহাক্কী কুচুগা পাংখক ওইবা উরুবদা মক্লুবা মহাক্কী থম্মোয়দা প্রেমগী ঈফুৎ ফাওরক্লম্মী অমসুং মদুনা থৃষ্কৎলদুনা ব্বাষ্থরম্মী। মফম অসিদা শ্রীহরিগী চাল্লবা মনাই অমনা পূক্লিংদা 'সর্ভত্রা পানিপাদান্ত্য' ভাব তাবা ঙম্লম্মী।

*গীতা ১৩:১৪*

শ্রীমতি রাধীকানা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা আত্মা সমর্পন কচ্চবগা লোয়ননা গোপী ভাবনা লমজীং ওইরদুনা মাধবাগী থম্মোয়নুংদগী অঙাউবা মতৌ মপাঙ্গোংদা উৎলি অমসুং অসুম্না পল্লি— য়েংউবা মায়কৈ খুদিংমক্তা শ্যাম থেংনৈ অমসুং হায়, "অদুগুম্বা শ্যাম পৃথিবী শীঙ্গুংবা

মঙাল শন্দোকপ্রা? মহাক্কী মনাকোংদা শ্যামনা বার্শি খোংবখক্তং তাই, ঈশ্বর মঙোন্দগী থোরকপা নুংশিরবা মনমখক্তং নমই। চারিবা চিঞ্জাক খুদিংমক ইবুংঙোগী নুংশিরবা লৈহীগী মনম চেল্লি অমসুং থম্মোয়নুংদা চাংজৌ নাইদ্রবা নন্দগী মচা কৃষ্ণগী চরন শোকচৈ”।

লাইনীং চেৎলবা শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা মনাই ওইরিবা মাধাবা, মায়ানা পুন্দুনা থম্বা ঙমদ্রবা অথোইবা ভক্ত অসিবু আত্মা রাম-মুনি হায়না খঙনৈ। মহাক সংসাবগী ওইবা রূপারস গন্থ-সব্দ (মপাম্বোংগী) ফজবা শক্তম্না শুমহৎপা ঙমদ্রবা অমসুং স্পর্স তোংলবা মনি মখল ওইবা অমসুং ঈশ্বরগী প্রেমদা অব্রা-অনা থাদোক্লবা, রুপ মাধুর্জ, গুনমাধুর্জ, বেনু মাধুর্জ অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী লীলামাধুর্জ রসতা লূপ্লবা ভক্তনি।

ভগবান শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুনা গোপীনাথ ইবুংঙোগী লাইশঙ য়ৌবকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণপ্রেম অমসুং মহাক্কা কায়নবগী মৈচাক্লা থূমহৎখিরম্মী অমসুং ঙাওরম্মী মদুদি ইবুংঙো মহাক্কী পাম্বোমদা নিত্যানন্দ প্রভুনা চেৎনা কোনশিল্লম্মী। প্রেমগী ইনোৎকা লোযননা মহাক শোর ফুনগৎলক্লম্মী অমসুং মীৎলুদগী লেপ্পা লৈতনা পিরাং শিন্থরম্মী ইবুংঙো মহাক্কী নিংথিজরবা খজাইদা। অস্তসাত্তভিকা বিকারনা থূমহৎখিরম্মী।

চৈতন্য মহাপ্রভুনা ক্ষির চোর গোপীনাথকী লাইশঙ য়েংলবা মতুংদা মহাক্লা পুরী তান্না লাকপা লম্বেলদা সাক্ষি গোপালদা থুংখিরম্মী। চৈতন্য চরিত্রলিলামৃতগী মনুংদা মরী লৈনবা ৱারী অসুম্না পল্লি-

মতম অমদা বিদ্যানগবদা হৌজিক গদাবরি তুবেলগী মপান্দা লৈবিবা রাজমুন্দিবি ওইরম্বা য়াই লৌনবি। ভিপ্রা অনীখক (ব্রাহ্মন) লৈরম্মী অমসুং মখোয় মখোঙনা তির্থ কযা কোযবম্মী। মখোয় ধর্ম্মগী ওইবা মফম কয়া-কয়া, বরানসি, প্রয়াগ অমসুং মথুরা দর্শন তৌরম্মী। মমৈথংদা শ্রীবৃন্দাবন্দা থুংখিরম্মী অমসুং মফম অদুদা যুমুনাদা স্নান তৌরগা মখোয় চাউরবা লাইশঙ অমগী মনুংদা শ্রীগোপালগী মুর্ত্তি উরম্মী অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী নিংথিরবা মুর্ত্তিনা শুমহৎলম্মী। মফম অদুদা মখোয় নুমিৎ কয়ানিমুক শাংথনা লৈরম্মী। মখোয় অনীগী মনুংদা অমনা চহী লৈশিল্লবা অহলনি অমসুং অতোপ্পা অদুনা নহানি পাখংনি। লৈমিন্নবা মতমদা নহা অদুনা অহল অদুগী সেবা থৱায় য়াওনা তৌরম্মী অমসুং অদুনা মরম ওইদুনা অহল অদু পেনবনা খম থেংলম্মী অমসুং থৌজালগী মশক ওইনা অহল অদুনা মহাক্কী মচানুপী লুহোংদুনা থাজগে হায়রম্মী। থাঙ্গৎলক্লিবা ৱাফম অদুবু নহা অদুনা ঙমজবোই হায়না ফোঙদোক্লম্মী মরমদি ৱাফম অদু ব্রাহ্মন অহল অদুগী লৈরিবা মরী-মতা অমসুং কৈন্যা ওইগদৌরিবী অদুগী মবুংশিংনা তরাইনা য়ারক্কনি হাযনা মহাক্লা থাজবা ঙল্লমদে, মরুওইবা মরম্না মহাক হীরম খুদিংমক্তা ব্রাহ্মন অহল অদুগী শাগৈগী থাক, লনথুম মহৈ-মশিংনচিংবদা

নহা অদুনা হস্থবা থাক্তা লৈবননি। অহল অদুনা অসুম্না ফোঙদোক্লম্মী মচানুপী অদু মহাক্কী খৃত্তা লৈবনি, মহাক্লা পাম্বা মীওইদা থাজগদবনি হায়না শ্রীগোপাল মুর্ত্তিগী মমাংদা ব্রাশক্লম্মী। অহল ওইরবা ব্রাহ্মন অদুনা নোম্লুক্লা গোপালগী মফমদা চঙজরগা মহাক্লা মচানুপী থাজনবগী ব্রাফমদা শকখিবা ব্রাশক্কী সাক্ষী ওইবিয়ু নিজরম্মী। মখোয় তির্থ কোয়বা লোইরদুনা মশা-মশাগী লৈফমদা হন্নরক্লম্মী। অহল অদুনা মহাক্কী লৈরিবা মরী-মতা অমসুং তিল্লিবা মীয়ামদা ব্রারী অদু লীদুনা তাহল্লম্মী, ব্রাফম অদুদা মীপূম খুদিংনা মহাকপু লাল্লি হায়দুনা মরাল শীরম্মী মরমদি ব্রাহ্মন নহা অদুগী শাগৈ-জাৎ লৈখা তারবা কাংলূপকী মনুং চল্লম্মী। অহল অদুনা ফনা কন্না ঈশ্বরগী মমাংমক্তদা শকখিবা ব্রাশক থুগায়বা ঙম্লোই হায়জরম্মী। কয়াগী মতিক অরুবা ব্রাফম অমা ওইরবগে হায়ববু সমাজগী হস্থনা লৈবা থাক্কী মীওই অমদা মচানুপী থাজবা তারবদি মীপূম খুদিংমক আত্মাঘাৎ (আত্মাঘাত) তৌদুনা শিরগনি কিহল্লম্মী। অহল অদুনা অসুম্না ফোঙদোক্লম্মী মদুদি মহাক্লা ব্রাশক ঙাক্তবা, নহা অদুনা শোয়দনা মহাক্কী মচানুপীবু লুহোংদুনা লৌরগনি মরমদি ব্রাফম অদু লাইনা সাক্ষী ওইবনা অচুম্বা মরম্নি। অহল অদুগী মচানুপা অদুনা অসুম্না হায়রম্মী মদুদি সাক্ষী ওইরিবা লাই অদু মফম অদুদা লাকপগী 'ওইথোকপা লৈরোই হায়না। অহল অদুনা মহাক্লা ঈশ্বর মহাক্কী মফমদা শকখিবা ব্রাশক ঙাক্তবা অমসুং পাপকী থবক পাঙথোকখিবগীদমক্তা শ্রীগোপালবু থম্মোয়দা চেৎনা কোঞ্জরগা মহাকপু কনবীনবা নিজরম্মী।

নোংমা ব্রাহ্মন নহা অদুনা অহল অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী অমসুং মহাক্লা শকখিবা ব্রাশক অদু নীংশিংলম্মী, খুদক অদুমক্তদা অহল অদুগী মচানুপা অমনা ব্রাহ্মন নহা অদুদা শাথিনা চৈরম্মী মরমদি মহাক্লা মচন্নুপীবু কল্লক্লিবা অদু থিক নেম্বনা থা লাম্বগা প্রমান তৌরম্মী অমসুং নহা অদুগী মায়োক্তা চৈ পায়রদুনা ফৃগদবগী চেনশিল্লক্লম্মী। থৌদোক অদুগী মতুংদা ব্রাহ্মন নহা অদুনা খুঙ্গং অদুগী লৈরিবা মীয়াম খোমগৎলম্মী অমসুং পূম্নমক্তা মহাক্কী ব্রাকৎ থাঙ্গৎলম্মী। ঐখোয়না পাবীরিবা খুদিংমক্তা অসুম্না হায়জনিংই মদুদি নহা অদুনা তাল্লিবা দাবী অদু লুহোংনবগীদমক্তা তকশিনবা নত্তে, মহাক্লা মীপাইরিবদি ব্রাহ্মন অহল অদু মহাক্লা ঈশ্বরমক্কী মমাংদা শকখিবা ব্রাশক ঙাক্তবগী নরক্তা দন্দি ফংলগনি হায়বগী ব্রাফমদনি। তিল্লিবা মীয়াম্না নুপী ময়ূমগী মীওইশিংদা অসুম্না হায়রম্মী নখোয়না করিগীদমক্তা অহল অদুনা শকখিবা ব্রাশক ঙাক্লা চৎত্রিবনো হায়না, মহাক্লা পাউখুম পীরম্মী, মচানুপানা ওৎপনা মরম ওইদুনা লাইফমদা করি হায়খিবগে হায়বা নীংশিংবা থোক্কে হায়না। মচানুপা অদুনা অসুম্না মরৈ য়েৎলম্মী মহাক্কী মপা অদু ঙাওরে পূম্নমক নীংশিংবা থোক্কে মরমদি মপাগী চাননবা চিঞ্জাক্তা হু চেল্লবা শগোল হীদাক অমুবগী মহৈ য়ানশিন্দুনা পীজবননি হায়না। হায়রিবা কেশ অসিগী মরমদা মীয়াম্না অসুম্না রাই তারম্মী মদুদি ব্রাহ্মন নহা অদুগী থাঙ্গৎলক্লিবা ব্রাফম অরানবনি

গোপালমক্কী মমাংদা ব্রাশকখি হায়বা চুমদবা ব্রাফম্লি লাউথোক্লম্মী। ব্রাফম অসিদা ব্রাহ্মন অহল অদুনা অসুম্না থাঙ্গৎলক্লম্মী মদুদি গোপাল মশামক মফম অসিদা লাক্কনি অমসুং প্রমান তশেংনমক পীরগনি। অদুম তৌরবদি মহাক্লা মহাক্কী মচানুপী, ব্রাকৎ থাঙ্গৎলক্লিবা নহা অদুদা তশেংনা লুহোংদুনা পীদবা য়ারোই। অহল অদুগী মচানুপা অদুনা অসুম্না খল্লদুনা মরমদি মফম অদুনা গোপাল লাকপগী ব্রাফম ওইথোকপা য়ারোই হায়রদুনা মপাগী ব্রাফমদা অয়াবা পীরম্মী। ঈশ্বরগী মফমদা চেৎনা থাজবা থল্লবা মপা অদুনা পূক্লিংদা অসুম্না খল্লম্মী শ্রীকৃষ্ণ হায়বা ইবুংঙো মহাক্তি য়াম্না চানবীহৈবনি, মরম অদুনা ইবুংঙো মহাক্তনা মহাক্লা শকখিবা ব্রাশক্কী প্রমান পীরগনি।

হৌজিক ব্রাহ্মন নহা অদুনা কন্না তকশিনবনা মরম ওইদুনা, ফল ওইনা তিল্লিবা মীয়াম্না নহা অদুদা দলিল (অইবা চে) অমা পীরম্মী মদুদা পল্লিবা ব্রাফম খুদিংমক ঙাক্লা চৎকদবনি, অশেংবা মরম ওইরবদি, মদুদগী হন্দোকপা য়ারোই অরেপ্পা ওইগদবনি পল্লম্মী। নহা অদুনা মীয়ামদা খঙহল্লম্মী মদুদি অহল অদু ধর্ম্ম লৈবা মীশক অমা ওইবনা মহাক্কী ব্রাশক থুগায়রোই অদুবু মহাক্কী মরী-মতাশিংনদি মঙোন্দা কিহল্লম্মী। মহাক বৃন্দাবন্দা মরী লৈননা চৎলম্মী, মহাক্লা গোপালগী চরন্দা ব্রাহ্মন অহল অদুবু মহাক্লা শকখিবা ব্রাশক ঙাকপদা মতেং পীনবিয়ু নিজরম্মী। মহাক মশামক লুহোংবগীদমক্তা থোইনা মীহৌবা পোক্লমদে অদুবু ব্রাহ্মন অহল অদুবুদি পাপ্তগী কনবদা মতেং পীবা পাল্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরম্মী নহা অদুগী মতুং ইল্লক্কনি হায়না মহাক্লা পাল্লিবা মফম তান্না চৎপদা অদুবু তুংহন্না য়েংলকপা থোক্লবদি, ইবুংঙো মহাক মফম অদুদা লেপকনি মখাতানা চৎপা তৌররোই খঙহল্লম্মী। নহা অদুনা মহাক্কী খুঙ্গং নকশিল্লক্লবা মতমদা, ইবুংঙো মহাক্কী শক্তম্লু অমুক্তং হন্না তুংলোমদা লৈদুনা য়েংনিংবগী খৌরাংবনা খম থেংলম্মী অমসুং মদু তৌরম্মী। মহাক্লা খল্লম্মী ইবুংঙো মহাক্লা লেপখিবা লৈরগসু খুঙ্গংগী প্রজানা মফম অদুদা লাকপগী খুদোংচাবা লৈরগনি। ইবুংঙো মহাক মখা তানা চৎপা তৌররোই অমসুং প্রজাশিং অদু মফম অদুদা পুরক্লবা পাউতাক পীনবিরম্মী।

হায়রিবা পাউ অসি তাবদা খুঙ্গং অদুগী প্রজাশিংদা ঙকপনা খম থেংলম্মী শ্রীকৃষ্ণনা অসুক্কী মতিক থাপ্না লেঙলক্লে হায়বা তাবদা ব্রাহ্মন অহল অদু নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈরমদে মহাক্কী নীংজবা আশা থুংলগনি হায়না খল্লম্মী মরমদি মহাক ইবুংঙো মহাক্কী খুয়াখাদা পূকচেল তিংনা চঙজবদগীনি। গোপাল মফম অদুদা মতম পূম্বদা লৈখিরম্মী মরমদি ব্রাহ্মন অনী অদুনা মখা তানা সেবা চৎচবা ঙম্নবগীদমক্তনি। লমদম অদুগী পাল্লম্বা নিংথৌ অদুনা অঙকপগা লোয়ননা ইবুংঙো মহাক্কী লাইশঙ অমা শারম্মী, হায়রিবা লাইফম অসি মতম অদুদগী 'সাক্ষী গোপাল' হায়না মীয়াম্না খঙনরম্মী।

মতমগী খোংলৈ মতুংইন্না, ওরিষ্যাগী নিংথৌ পুরুষতম দেবনা হান্নগী বিদ্যানগরগী

নিংথৌগী মখৃত্তগী জয় তৌরম্মী, হান্না মফম অসি কানচি হায়না খঙনরম্মী। ওরিষ্যাগী নিংথৌ পুরুষতোম দেব য়াম্না কন্না ঈশ্বরগী সেবাদা পূক্নিং লূপচবা ওইরম্মী। মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না, গোপালদা থম্মোয় চেৎনা খুরুমজরগা কটক্কী কৌনুংদা পুরক্লবা থৌরম পাঙথোক্লম্মী অমসুং ঈশ্বর মহাকপু থম্মোয় চেৎনা লাৎচরম্মী। গোপালগী য়াথং মতুংইন্না অদুগুম্বা বিপ্রা শাগে অনী অদুসু লোয়নরক্তবা য়াদে হায়দুনা ইঙ্গিৎ পীবগুম ইবুংঙো মহাক্কী সেবাগীদমক্তা পুরক্লম্মী অমসুং হৌজিক ফাওবদা মখোয়না গোপালগী সেবা তৌদুনা লৈরি। শাগে অনীমক— অচৌবা বিগ্রা অমসুং অপীকপা বিপ্র হৌজিক ফাওবদা ইবুংঙোগী সেবাগী মরুওইবা থৌদাং লৌদুনা লৈরি। নোংমা নিংথৌ পুরুষতম দেবগী মহারানি ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজনবা থৌরাং লাঙলাকপা মতমদা সনা লুপা লৈতেং কয়াগা লোয়ননা, ইবুংঙো মহাক্কী নাতোন্দা অহোবা মখুল অমা লৈবা উরদুনা মদুদা মমল তাঙলবা মনি-মুক্তাগী নাসিকা অমা থোনগে খঞ্জরম্মী। ইবুংঙোনা রানি অদুগী মঙদা লেঙলক্লগা অসুম্না তাকপীরম্মী মদুদি মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা মমা যশোদানা নাসিকা অমা থোনবীরম্মী হায়না। মদুদা রানি অদু পনবা তৌদনা চাউরবা থৌরম অমগা লোয়ননা গোপালদা মনিগী নাসিকা থোল্লম্মী। কটক হায়রিবা মফম অসিদা, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা মহাক্কী লাইনীংবা খোঙলোইশিংগা লোয়ননা, পুরী তম্না লাকপা লম্বেলদা শ্রীসাক্ষি গোপাল থেংনরম্মী।

মতম খরগী মতুংদা হৌজিক্কী সাক্ষী গোপাল পুরীদা পুরক্লম্মী অমসুং অদুগী মতুংদা হৌজিক লৈরিবা পুবীদগী মাইল তরামুক চৎলগা লৈবা মফমদা নিংথৌনা অনৌবা খুঙ্গং অমা শেমগৎলগা মমিংনা সত্যবাদি হায়না কৌরম্মী। অদুবু মমৈথংদদি মফম অদু ঈশ্বর অদুগী মিং লৌরগা সাক্ষী গোপাল হায়না খঙনরম্মী।

শ্রী চৈতন্য ইবুংঙোনা দিব্যা মঙ্গলমমায়া-মায়া মুর্ত্তিগী মশক ওইবা পুবীগী শ্রীজগনাথ দেব উরুবদা পূক্নিংদা সখ্যাৎ ব্রজেন্দ্রনন্দনা কৃষ্ণ মহাকমক্নি হায়না ফাওরম্মী। ইবুংঙোনা জগনাথ দেবগী মফমদা, শ্রীকৃষ্ণ কায়নরবা ব্রজ গোপীশিংগী স্বভাবতা মতম শাংনা কায়নরবা মতুংদা অমুক হন্না উনবগী ৰাখলগা লোয়ননা প্রেমনা থূক্কাৎলদুনা তহানা চেনশিনখিরম্মী অমসুং নুংঙাইবগী ঙমখৈ খম থেংলদুনা ইবুংঙোগী চরন কোল্লদুনা শাংনা দন্দবত (খুরুম্বা) তারম্মী।

## ইবুংঙোগী মফমদা আত্মা স্বমপর্ন (থৱায় কচ্চবা)

*ধর্ম্মগী ওইবা লম্বেলদা, আত্মানা খোঙদারকপা মতমদা*
*অৱাবনা খম থেংলবা অমসুং থল্লবা সংসারদা মতম লেনবদা*
*অমম্বনা থল্লবা অহিং, চহী লিশিং লিশিং চঙনা*
*ঈশ্বরগী মফমদগী কায়নবা নংলবা আত্মাগুম,*
*মদুগী চৈথেংনা আত্মানা খুইথরিবা তেংথারিবা কনাগী মরমগীদমক,*

*ফৎত্রবা কর্ম অমসুং পাপকী তমথিরবা ৱাখল নাথৈরগা*
*অৱাংবা থাক্তা কাগনি, অফবা থবক্তবু পায়খৎপগা লোয়ননা*
*ঈশ্বরনা লেঙদনা লৈরিবা বন্দা চৎপা তাই*
*ইরিক খুদিংমক হকচাংগী, থম্মোয়গী মীহুল খোঙজেল*
*ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা, পূক্নিং ৱাখল খুদিংমক শ্রীচরন্দা চঙজরি।*

*হা! হা! প্রভু! হায়না থম্মোয়দগী খোঞ্জেল থোক্না কৌজরি তোল্লবদা থৌজাল পীবিনবা*
*চঙজফম পীনবিয়ু নহাক্কী নিংথিজরবা চরন থম্বালদা*
*মরমদি ঐহাক ইবুংঙোগী খুয়াদা চঙজফম লৌজরি;*
*লাইবক ফরবা তাঞ্জানা ঙাইদুনা লৈরে হায়না খঞ্জরি থম্মোয়দা*

মরমদি ঈশ্বরনা মঙোন্দা, তোল্লবা শোয়নাইরবা মীশক ওইনা থৌজাল হাপ্লিরি।

প্রেম্না থূমহৎলবা ভক্ত মহাক তেংথাজরি থম্মোয়দা পোখাবা নাইদনা
কায়ন-মৈচাক লাংনা অহিং চুপ্পা লেপ্লি
নাম হৌনা শোঞ্জবনা মহাক্কী অমখক্তা ঙায়রবা হরাওজবনি
অদুবু নোংঙাল্লমদাই নুমিৎ থোক্লিঙৈগী মমাংদা লাইশঙগী কংশি খীংলকপদা
মহাক্না নুংশিজবা ঈশ্বর মহাক্কী মফমদা চেনশিঞ্জরম্মী অমসুং মুর্ত্তি উরম্মী।

মুর্ত্তি অদু তশেংনা ঈশ্বরমক্লি হায়বা খাখল থম্মোয়দা ফাওরম্মী
মহাক্কী মগুন শিংথারদুনা মমিত্তগী পিরাং শিন্থুরম্মী।
ফজবা শক্তম্না লৈতেংবা ইবুংঙো মহাকপু উরুবদা
থম্মোয়দা ইনোৎ কারকপগা লোয়ননা নুংঙাইবগী পিরাং শিন্থুরম্মী
মঙ্গলনা থল্লবা সংসারদা খোঙদারে হায়বগী খাখল ফাওরম্মী।

নুংশিবনা শুমহৎলদুনা ইবুংঙো মহাক্না থোন্নবা লৈতেং অথুম-অহাউ কচ্চরম্মী
ঈশ্বর মহাক্কী খুয়া থম্বালদা মপৃং ফানা চঙজরম্মী
ফজরবা শাওং-শাদানা লৈতেংলবা ইবুংঙোগী মুর্ত্তিদা
মহাক্কী মায়থোঙদগী থক্তোক্লকপা মঙালদা,
লংলবা লৈতেং কয়া উরুবদা।

মোইবুংগী খোঞ্জেল, ধুপ বর্ত্তিনা নুংশিরবা মনমগা লোয়ননা চাক্লিবা,
পুঙগী খোঞ্জেল, ঈশৈ অমসুং জগোইগী শাথেক কয়াগা লোয়ননা
তাঞ্জা চানা ইবুংঙো মহাক্কী নাম হৌনা শোল্লদুনা
অকোয়বগী ফিভম শুমহৎনিংঙাইগী মতৌ ওইরবা মায়াগী মতৌনি
কয়াগী মতিক নুংঙাইরবা! মফম খুদিং নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরম্মী।

য়েংউনে মফম অসিদা, শুরদাসনা হরাউ মথোই কারদুনা ঈশৈ শকপা মতমদা
ঈশ্বর মহাক্না, সিংহাসন থাদোক্লল্লগা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী;

*থোঙ লোনশিল্লগা মীরানা ভজন শক্লকপা মতমদা*
*কনাগুম্বা মীশক অমনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্নুনা ঈশৈ তারম্মী*
*য়েংউনে, মসি ইবুংঙো মহাক্নি, মীরানা কৌজবগী মহৈনি।*

*ধনুরদাসনা মহাক্কী নুপীবু হায়নিংঙাই প্রমান লৈতনা নুংশিজরম্মী*
*মদুদি মহাক্না নুমিৎ কৌবা লাইনা মহাক্কী নুপীগী ফজববু মাঙহল্লগদ্রা ফাওবা খল্লম্মী।*
*অদুবু গুরু রামনুজান্না মঙোন্দা ইবুংঙোগী মুর্তি উৎপীরম্মী*
*মদুগী ফলনা মহাক মঙ মঙদুনা তুল্লম্বদগী মীকপ থোক্লম্মী অমসুং*
*ঈশ্বরগী মুর্তিবু দর্শন তৌজরম্মী।*
*অমসুং লাউরক্লম্মী 'রঙ্গনাথ স্বামীগী মুর্তি অঙকপা শক্তম্নি'।*

*অন্দাল কৌবী মহাক্না শ্রীরঙ্গনাথ ইবুংঙো আত্মা কখোক্না শেংলবা*
*থম্মোয়না নুংশিজরম্মী*
*অমসুং ইবুংঙোদা লুহোংখিরম্মী অমসুং মতম পুম্নমক্কী ওইনা নাকন্দা লেপ্পুনা লৈরম্মী*
*ঐখোয়গী ইবুংঙো শ্রীচৈতন্যনা প্রেমগী ঈপাক্তা তাউরদুনা*
*নিলাচলদা শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরদা চঙলকপা মতমদা*
*ব্রজগোপীশিংগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণমক্নি হায়না লৌরম্মী।*

*গোপালদেব বৃন্দাবন্দগী শাংলবা লম্বেল কয়া ফাওনা*
*বিদ্যানগর তানা সাক্ষী পীননবা লেঙবীরক্লম্মী*
*সাক্ষী গোপাল হায়বা মীংথোল মতমদুদগী কৌখিরম্মী।*
*অহল ওইরবা গদাধর, মহাক্কী অপাম্বা অনীংবা পীবিনবগীদমক্তা*
*গোপীনাথ ইবুংঙোনা মহাক্না থোক্লিবা লৈ পরেং গদাধরদা হুকপীরম্মী।*

*শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম হায়বসি শারবা অমৃত্যগী পাংখক্নি*
*মদুনা থক্লিবা মী অদুগী লৈতোন্দা খম-থেংনা অশাবা পীবা ঙম্বা*
*অদুবু থুম্বগী চাং প্রমান লৈতে, থাদোকপা লাইনা ঙমদে*
*প্রেমগী মশক ওইবা ইবুংঙোনা অহল ওইরবা মাধবাবু বৃন্দাবন্দগী*

পুরীদা চন্দন লৌরুনবা থারক্লম্মী।

মাধব গোপীনাথকী লাইশঙদা নোংঙাল্লমদাই তাঙ্গাদা থুংলম্মী
কয়াগী মতিক ইবুংঙো মঙোন্দা কৎপা ক্ষির প্রসাদি খৌরাংনা ঙাইজবা
ফংদ্রদুনা থুনমক মফম অদু থাদোক্তুনা নিরুবা তৌদনা লাকখিরম্মী।
কয়াগী মতিক অঙকপা মতৌনো, ইবুংঙো মহাক্না পাত্র অমা লোৎশিন্দুনা থল্লম্মী
লৈপাক্কী পাত্র ক্ষীর থন্না য়াওরবা মাধবাগীদমক্তা পীরম্মী
মহাক্না তাংজফম লৌরিবা মফমদা।

পুজারি অদু অহিং নোংয়াইমক্তদা মীকপ থোক্লম্মী
ঈশ্বর মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না লাইশঙগী থোঙ হাংদোক্লবা মতমদা
মহাক্না ফংলম্মী ক্ষির থন্না য়াওবা পাত্র অমা মাধবাগীদমক লোৎশিনখ্রে হায়বা
মহাক অদু পুজারি অদুনা খুঙ্গংগী কৈথেলদা থেংনরম্মী অমসুং পাত্র পীরম্মী
য়েংউ! মসিনা মরম ওইদুনা ক্ষির চোরা গোপীনাথ হায়না খঙনরম্মী।

ইবুংঙো মদনগোপালনা সনাতন্দা মুর্ত্তি পীরদুনা অসুম্না তাকপীরম্মী
"ঐ নহাক্কী উনাগী খাঙপোক্তা লাক্কনি, কৃষ্ণ ঐনা পাম্বননি";
সনাতন, ইবুংঙো মহাকপু নুংশিজবগী প্রেমদা তাউরদুনা নুংঙাইবনা লুতোন কারম্মী;
য়েংউ, চিংখৈ হুল্লকপা মতমদা, সনাতন থেংনজরম্মী
ইবুংঙো মহাক লেঙঙক্তুনা লৈরম্বা
উনানা কৃপ্লবা খাঙপোক্তা হরাউনা ইবুংঙো মঙোন্দা সেবা কচ্চরি।

মহাক্কী লৈজবা হোংলবা তল, মনা-মশিং খরা থৌরাংলগা সনাতন্না
মহাক্কী থম্মোয়দদি কচ্চরিবা খুদিংমক মগুন চেনবা হাবদা নুংঙাইগদবা ওইহন্নিংলম্মী
ঈশ্বর মহাক্না পনবা তৌদনা ইনাক খুল্লবা করবারম্বালা অমা থারক্লম্মী
ফজরবা লাইশঙ শাগৎপা হৌরক্লম্মী
অমসুং নিতিগী মমল লৈরবা নিংথিরবা চিঙ্গাক কয়া কৎলম্মী।

*ইবুংঙোনা অসুম্না তাকপীরম্ম "ঐদি প্রেমখক্তংবু থৌরাংবনি*
*নুংশিনা কচ্চবা খুদিংমক– তুলসি পত্র, লৈ-শু, উহৈ, অথুম-অহাউনচিংবা কয়া*
*ঐঙোন্দা কংলিবা পূম্নমক, নুংশিবা থাজবগা লোয়ননা*
*ঐনা তশেংনা মহাউ তঙ্গনি অমসুং খম থেংনা নুংঙাইবা পোক্কনি"।*

*শ্রীরুপকী মমীত্তা ইবুংঙো মহাক্না ইঙ্গিৎ পীবিরম্মী*
*শ্রীগোবিন্দ দেবগী মুর্ত্তি লিংখৎলু হায়না*
*বৃন্দাবনগী যোগপীঠ হায়বা মফমদা লিংখৎকদবনি তাকপীরম্মী,*
*রুপনা ইবুংঙো মহাক মফম কদাইদা লৈবগে হায়না মফম খুদিং থিরম্মী*
*অদুবু ফংদ্রদুনা নীংবা কায়রম্মী অমসুং মমীত্তগী মপি শিম্বুরম্মী*
*নিংথিজরবা নুপামচা অমা মহাক্না থেংনরম্মী, মহাকপু গোমাতিলা তানা পুরম্মী*
*মাঙখিরম্মী অঙাং অদু "মফম অসিদা গোবিন্দ লৈরে" হায়রম্লগা*
*রুপতো পূক্লিংদা লাংতক্নবা ফাওরম্মী, অঙাং অদু কনা ওইরিগবা!*
*মথংদা মহাক ষনবী অমনা চীং অমগী মথক্তা শঙ্গোম শিম্বুদুনা লৈবা উরম্মী*
*কয়াগী মতিক অঙকপা মতৌনো, চীংদুমক্তুদা শ্রীগোবিন্দ মুর্ত্তি থেংনরম্মী*
*ফাওরবা গোবিন্দগী লাইশঙ মহাক্না মুর্ত্তি লিংখৎলম্মী অমসুং লাংলম্মী।*

*কৃষ্ণদাস কবিরাজ নিত্যাইনন্দ প্রভুগী ইঙ্গিৎতগী*
*রাধা মদনমুহন অমসুং রাধা গোবিন্দগী মমাঙদা লেপ্লম্মী*
*কয়াগী মতিক অঙকপা মঙালনো– হে, বৃন্দাবনগী থাজ*
*থরোগী অকোয়বদা খোইমুশিংনা ঙংনা পাইরি– শ্রীরাধা ললিতা*
*যোগপীঠতা লেঙদ্রবা উপালশিংগী উমংদা*
*গোপী শিংগী পেলহন্নবগীদমক্তা রস কয়া পীবিবা ইবুংঙো বন্দি লৈবগী মতৌশুম*
*সংবান্নবা সিংহাসন্দা ইবুংঙোনা, রাধাগা লোয়ননা ঙাম্বোইরি*
*অনীগী নিংথিংজরবা ফজরবা শক্তম সংসার পূম্নবু শুমহংলি*
*সখিশিং নোপুরগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা লৈনা জগোই শারি*
*ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী নামবু হৌনা শকচরি অমসুং লিলাবু থাগৎচরি।*

শ্রীরুপনা চীংদোন্দা লৈরিবা গোপালবু দার্শন তৌবা পামজরদুনা
শেংলবা গোবর্ধন চীংদা খোঙ থাঙ্গৎকদবা কিজরদুনা
ইবুংঙো মহাক্না লৌনমগী মওংদা, থা অমা চুপ্পা মথুরাদা লেঙবীরক্লম্মী
শ্রীরুপপু ইবুংঙোনা মহাক্কী থুন্নবা লৈহী পীবিনবগীদমক্তা
অচানবা মনাই ওইবা মরম্না
শুমহৎনিঙাই ওইরবা শক্তম অচানবা মনাইদা পীবিরম্মী।

ইবুংঙো মহাক্কী মুর্ত্তিদা লাই নত্তে হায়দুনা অরানবা মীৎয়েংনা য়েংগনু
ইবুংঙো মহাক্কী মুর্ত্তি অবতারগা মরী লৈননা ওইরকপনি লিলা কয়াগী
অঙকপনি মহাক্কী শক্তি শুমহৎপা ঙম্বা য়াথং পীবিবা ঙম্বা
কনাগুম্বা মুর্খ অমনা হেঞ্জিন্না ঙাঙলবা করিসু লৈতবা মুর্ত্তিনি হায়না
পাপনা থল্লবা নরক্তা ঙাকপীনিঙাই য়াওদনা লংথরগনি।

ধর্ম্ম খঙফাত্তবা মীওইনা ইবুংঙো মহাকপু
অশেংবা ঈশ্বরনি করম্না খঙবা ঙমগদৌরিবনো?
জগৎকী অথোইবা মপুনি খঙনা মঙোন্দা চঙজৌ
ইবুংঙো মহাক্না উবিদুনা থৌজাল পীনবির্গনি
ঈশ্বর মহাকপু থাজবা, কৃপানা পৃক্লিংদা মঙাল হাপ্পিগনি
অদুগী মতুংদা লাইশঙগী মুর্ত্তিবু অশেংবা জগৎকী মপুনি উগনি।

চৈতন্য মহাপ্রভুনা অসুম্না তাকপিরম্মী, "মসি সচিদানন্দ শ্রীকৃষ্ণনি
মঙ্গলগী মশক ওইরবা পুম্নমক্কগী থোইরবা অবতারগী শক্তম্নি
মহাকপু খ্বাইদগী ফৎত্রবা ধর্ম্মগী মায়োক্তা লৈবা মীওইনা থাজরোই
মখোযদুনা ইবুংঙো মহাক্কী চরন ফংবা ঙম্লোই অশেংবা শক্তম উবা ফংলোই
অচুম্বগীদমক্তা লেপ্লিবা লাইনা মখোয় দন্দি পীবদা মতিক চারবনি"।

সংসারগী মনুংদা নত্রগা স্বর্গদা নিংথৌ ওইগে ওইজৌ মখোয়গী মহুত্তা
লাইনীংবা অমনা হেন্না পাম্লদি লাইশঙগী পুখ্রিদা ঙাগী মপোক্লি

*লাইশঙগী লৈকোন্দা হুইগী মপোক্তা ওইববসু নত্রগা উপালবু ওইববসু চীংমাইদা লৈবা লম্বেল নত্রগা থাক-কাফম সিডি শীজিন্নবিবা দর্শন ফংনবা হোৎনবদা অদুম তৌববদি ঈশ্ববু মহাক্না খূৎনা লাম্বা ফংগনি, সেবা চৎচগনি।*

# হরিদাস ঠাকুরগী ৱারী

নমঅচার্য্য হরিদাস ঠাকুর, চৈতন্য মহাপ্রভুগী শেংলবা ভক্ত অমনি। রামচন্দ্র খান কৌবা হিন্দু জমিন্দার অমা লৈরম্মী। মহাক শ্রীহরিবু নীংবা মীশিংদা অকি-অখং থোকহনবা অমসুং মীয়াম্না হরিদাস চাউরবা লাইনীংবা মীশক্লি হায়না শিংথানববু মহাক্না মদু তুমিন্না য়েংদুনা লৈবা ঙম্লমদে। লূরবা ধর্ম্ম চৎলিব, মীয়াম্না লাইনীং অশেংবা মীশক অমা থিবা তারবদি, হরিদাসনা মথোইরে খঙনরিবা ৱাফমগী মায়োক্তা লৈরম্মী অমসুং হরিদাস ঠাকুরগী মতৌদা কল্লকপা পোক্লম্মী। মুর্খ ওইরবা রামচন্দ্র খানগী পূক্নিংদা অসুম্না খল্লম্মী মদুদি নুপীলক্তা শক-চু চংখোল্লবা, অকে-অমৌদা খম থেংলবা ওক্তবী নুপী অমনা মতেং ওইনা থাজিল্লগা হরিদাসকী লাইনীং থুগায়বা ঙম্বগা লোয়ননা নুপী অদুগী খুবামনুংদা বন্দি থমগে লেপ্লম্মী। থাবল মণ্ডালনা লংলবা নুমিৎ তাপ্রবা মতুংদা ওক্তবী পূম্নমক্তগী অথোইবী নুপী অদুনা ফিজেৎ লৈতেং মতমগা চাননা শেং-ইল্লদুনা চীকখ্রবা হরিদাসকী লাইনীংফম খাংপোক্তা লাক্লম্মী। মতম অদুদা হরিদাস ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী নাম লেপ্পা নাইদনা শোন্দুনা লৈরম্মী মহাক্কী পূক্নিং ৱাখল পূম্বা লানবিনবা অবতার তৌরকপা ইবুংঙোদা লৃপ্লম্মী। কামনা ময়াই কারবা মতৌ, শাথেক কয়াগা লোয়ননা শুমহৎয়াই পুরিবীগী মতৌনা হরিদাসকী পূক্নিং ওলহনবা ঙম্লমদে। অদুগী মতুংদা নুপী অদুনা হরিদাসতা মহাক্কী নীংবা থুংহনবিয়ু নিজরম্মী। অদুবু ঠাকুরনা পাউখুম পীরম্মী, "ঐনা ঐগী নাম (কৃষ্ণগী) সংখ্যা লোইদ্রিফাওবা ঐ নহাক্কী হায়জরিবা ৱাফম য়াবা ঙম্লোই। হৌজিক নহাক ঐনা শোল্লিবা কৃষ্ণ নাম তারো, ঐনা ঐগী মশিং লোইরবা

মতমদা নহাক্লা নিজরিবা ৱাফম য়াবা ওমগনি"। মহাক তারদুনা ওাইদুনা লৈরম্মী। অদুবু নোংঙাল্লকপা তাঞ্জা য়ৌরকপদদি মহাক খম থেংনা নীংবা কায়রদুনা হনখিরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা নুপী অদু অনৌবা আশাগা লোয়ননা অমুক হন্না ঠাকুরগী নাক্তা লাক্লম্মী, ঠাকুরনা মঙোন্দা অসুম্না হায়রম্মী, "ঙরাংদি ঐ নহাকপু পেলহনবা ঙমখিদরে। মশিং থীরিবা অসি মপূং হেক ফাবগা, ঐ নঙোন্দা অয়াবা পীগনি"। হরিদাস মখা চখদুনা নাম শোল্লম্মী। মতম লেপ্পা লৈতনা থুনা হৌখিরম্মী। নুপী অদুগী পূক্লিং লৈতারমদে। হরিদাস মঙোন্দা হায়রম্মী, "থা অসিগী মনুংদা ঐহাক নাম মশিং ক্রোর অমা শোনগনি হায়বগী ৱাশক লৈরে। তাঞ্জা অসিদা লোইরগনি হায়বগী থাজবা ঐঙোন্দা লৈ। করিগুম্বা পাম্বে অমনা হয়েং নহাক্কী অনীংবা থুংহন্নবা ঐহাক্লা নঙোন্দা অরেপ্পা ৱাফম থম্লি"। নুপী অদু মথংগী আশাগা লোয়ননা ময়ূমদা হনখিরম্মী। অহুমশুবা অহিংদসু মহাক হরিদাস ঠাকুরগা উনরম্মী। মহাক লাইশঙগী লমজং থোঙদা ফমদুনা লৈরম্মী। মহাক ঠাকুরনা কৃষ্ণ নাম শোল্লিবা অদু তারম্মী অমসুং মহাক মশামকপু হন্না হন্না শোল্লম্মী। অঙকপনি নুপী অদু কয়াগী মতিক থুনা ওনখ্রবা! পারসমনিনা শোকপদা য়োৎনা সনা ওনবগা পাংখক্লি। মহাক হরিদাস ঠাকুরগী চরন্দা দন্দবৎ শাংনা তারদুনা অমসুং তেংথারদুনা ৱাহৈশিং অসি হায়রম্মী, "ঐ খ্বাইদগী ফৎত্রবা তমথিরবা পাপ তৌরবা মীশক্লি, মীগী মাঙনবতা খল্লবা তম্নরাইনি। ঐ মখল কয়াগী পাপ তৌরম্মী অমসুং ফৎত্রবা থবক খুদিংমক শোক্তবা য়াওদ্রে। মীফত্তা রামচন্দ্র খানগী মনা কল্লক্লুবদগী ঐ নহাক্কী চাউরবা মিংচৎ অমসুং অমোৎ-অকায় দাগ লৈত্রবা পুম্সিবু মাঙহনগে থৌরাংলুই। হৌজিক্তি নহাক্কী শেংলবা ধর্ম্ম চেল্লবা মতৌগা তিন্নবা ফংজবদগী অমসুং নাম কয়া হন্না হন্না শোঞ্জবা ঙম্বদগী ঐঙোন্দা লৈরম্বা পাপকী থবক অমসুং ফৎত্রবা ৱাখল পূম্নমক মাঙখিরম্মী। ঐঙোন্দা থৌজাল পীনবিরো চানবিদুনা পাপ চেল্লবা ঐবু নাম পীনবিয়ু"।

হরিদাস ঠাকুরনা তাকপীরম্মী, "ঐ খঙই নহাক নাম তাই হায়বা অমসুং মদুগী ফল ফঙ্গনি। ঐ অসিগুম্বা খুঙ্গং অসিদা নুমিৎ হুম্নি চুপ্না লৈবগী মরম অদুখক লৈবননি, মদু নৎলমদ্রবা ঐ খুঙ্গং অসি অহানবা অহিংমক্তা থাদোক্কুনা চৎলমগদবনি"। ঠাকুর হরিদাস নুপী অদুগী থম্মোয় খঙলম্মী মদুদি মহাক হৌজিক থম্মোয়দা অমকপা অমত্তা লৈত্রে শেংদোক্লে। অসুম তৌদুনা ঠাকুর নুপী অদুদা পাউতাক পীরম্মী, "নশাগী লৈরিবা সনা লুপা লনথুম খুদিংমক ব্রাহ্মনশিংদা দান তৌথোক্লো, খাংপোক অসিমক্তা চঙজফম লৌরো, শ্রীকৃষ্ণগী নাম তোয়না শোল্লো অমসুং শেংলবা তুলসি খুরুমজৌ। ইকুই কুইদনা নহাক শ্রীকৃষ্ণগী চরন ফংজগনি"। মঙ্গল পীরম্নগা ঠাকুর খুঙ্গং অদু থাদোক্কুনা চৎখিরম্মী। ঠাকুরনা পীবিরম্বা পাউতাক খুদিংমক

ঙাক্লা চৎলম্মী। মহাক মহাক্কী লৈজবা লনথুম পূম্বা ব্রাহ্মনশিংদা য়েঙ্খোক্লম্মী। নহা ওইবা অমসুং কুচু খম থেংনা ফজবা ওইরগসু, মরু শিৎ নান্না কোকথোক্লম্মী, ঠাকুরনা পীবিরম্বা ফিজেৎ অমখক্তংগা লোয়ননা মহাক খাংপোকশও অদুদা লৈরম্মী। হরিনাম, মহাক নোংমদা লাক্ষ অহুম শোল্লম্মী অমসুং তুলসি খুরুম্মই। মহাক খম থেংনা ধর্ম্মগী নিয়ম ঙাক্লা চৎলম্মী; করিগুম্বা মতমদা মৈ চঙদবা চিঞ্জাক চাদুনা লেল্লী অমসুং তোয়না চরা হেল্লি। মতম খরগী মনুংদা মহাক শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোয় শেংলবা লাইনীংবী অমা ওইরক্লম্মী অমসুং মহাক্কী মমিং পাকশন্না শন্দোরক্লম্মী। অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গংগী মীওইশিং, নুপী অদুগী পুন্সিদা খঙহৌদনা চাউনা ওনখিবা ৱাফমদা অঙকপা ফাওরম্মী। মতম অমদা নুপী অদু উরগা তুক্কচবা পোক্লরম্বা মীয়াম্না, হৌজিক্ মীয়াম্না লাইনীংবী অদুগী খাংপোক্তা তোয়না য়েংবা লাক্লম্মী। মখোয় অসুম্না পল্লম্বী, "ঠাকুর হরিদাসকী লংলবা মণ্ডালগী মশক ওইরবা থৌজালগী পাম্বৈনা খ্বাইদগী মশক থীরবা য়োংনা মমল তাঙলবা লংলবা মনি ওইনা ওঙ্খোকপীরে। মতম অমদা ইনখৎলক্লিবা পাখং কয়া লৈখা তাহন্নবা হোৎনরম্বা নুপী মহাক হৌজিক্তি মায়াগী খুবানুংদগী নাঙ্খোরক্তুনা ধর্ম্মগী মরমদা খঙলবা গুরুগী ফিবম ফংলম্মী"।

# চৈতন্য মহাপ্রভুনা নাম শন্দোকপা

চৈতন্য মহাপ্রভুনা অসুম্না তাকপিরম্মী— "তারো নিত্যানন্দ, তারো হরিদাস; মফম খুদিংমক্তা ঐনা হায়রিবা অসি পাওথোকউ। য়ুম খুদিংদা চওউ অমসুং ভিক্ষ্যা নিরু, কৃষ্ণনাম শোল্লু, কৃষ্ণবু নুংশিয়ু, কৃষ্ণগী মরমদা জ্ঞান তানশিল্লু!" নদিয়া শীঙ্গুংনা অনী অদু কোয়রম্মী, য়ুম খুদিং চঙলদুনা নামগী পাউজেল পীরম্মী। চৈতন্যবু থাজদবা, নাম পামদবা মীওইশিংনা লাউরক্লম্মী, "ফূরো মখোয় অদু! ফূরো ফূরো!" নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাসনা মখোয়গী য়ুমদা চঙবা মতমদা য়েংউনে মতৌ করম তৌদুনা ইকাই খুম্মনিংঙাই ওইরবা মীওই কয়া জ্ঞান য়াওদবা অঙাওবগা পাংখক্লি! নিমাই পণ্ডিতনা পুন্নমকপু মাঙহল্লে"! কনাগুম্বা মীওই খরনা অসুম্না হায়রম্মী অনী অসি হুরানবদা হৈশিংলবা মীশক ঙাক্তনি। নমথাক্কী অরানবা পাম্বে শীজিন্নদুনা, লাঙ্গাবা লাকপা য়ুমগী অরোন-অথূপ খণ্ডোকপা লাকপনি! করিগীদমক্তা পূকচেল শেংবা মী ওইরবদি অসুম্না তৌগদ্রা? করিগুম্বা অনী অসিনা অমুক হন্না লাকপা তারবদি পুলিসতা শিন্নগদবনি।" ব্রাহৈশিং অসি তাবদা, নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস নোক্লম্মী। নোংমদি মখোয় অনী লম্বীদা য়ু শাথিনা ঙাওরবা জগাই অমসুং মাধাই, পাপ কয়া অখাকপা লৈতনা চথরবা, মখোয় ব্রাহ্মন শাগেদা পোকপা ওইরগসু থেংনরম্মী। নিত্যানন্দগী থম্মোয়দা মখোয় অনী অদু উরুরগা মীনুংশি ফাওরম্মী। মহাক্না খল্লম্মী মখোয় অনী অদু মতৌ করম তৌদুনা পাপ্তুগী নাম্থোকপা ঙমগদগে হায়না। ঈশ্বর মহাক্তি পৃথিবীথক্তা পাপ লংশল্লবা মীওইশিংবু লানবীগে হায়না অবতার তৌরকপনি। জগাই অমসুং মাধাই য়ু ঙাওবনা মরম

ওইদুনা জ্ঞান মাঙলে। ঐ হৌজিক পাপ চেল্লবা অনী অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম পীরগা মখোয়বু হরাউহল্লগনি অমসুং হৌজিক ইবুংঙো মহাক্কী নাম হন্না হন্না শোলহনগনি। নিত্যানন্দনা হারিদাসকা লোয়ননা অনী মনাক নক্কা চঙশিল্লম্মী অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী পাউজেল হৌনা পীরম্মী— "কৃষ্ণ হায়রো, কৃষ্ণ লাৎচরো, কৃষ্ণগী নাম শোল্লো! কৃষ্ণ ঐখোয়গী ইপানি, কৃষ্ণ ঐখোয়গী ইমানি, কৃষ্ণ ঐখোয়গী পুন্সিনি। পুন্নমক অসিগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণ পৃথিদা অবতার তৌবিরকপনি"। খোঞ্জেল অদু তাবদা জগাই অমসুং মাধাই মমিৎ ঙংশং ঙাংলদুনা মঙক হায়গৎলক্লম্মী। ধর্ম্ম শন্দোক্লিবা অনী অদুবু ফাগে হায়দুনা চেনশিল্লক্লম্মী। নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস কন্না চেল্লম্মী। মীফত্তা অনীদু লাউরদুনা তান্নরক্লম্মী "লেপ্পু, চেনগনু লেপ্পু, ঙসিদি জগাই অমসুং মাধাইগী খৃত্তগী নখোয় করম্না নাম্বোকপা ঙমগদৌরিবা? নখোয় জগাই অমসুং মাধাই নখোয়গী মীনাই নত্তে হায়বা খঙবা ঙমদে। লেপ্পু অমসুং হন্না লৈদুনা য়েংলকউ"। নিত্যানন্দ অমসুং হরিদাস হেন্না চেল্লম্মী অমসুং মবুংঙোগী নাক্তা থুংখিরম্মী। অমরোমদা জগাই মাধাই য়ু ঙাওবনা মরম ওইদুনা লম্বীদা তুশিল্লম্মী। নোংমা নিত্যানন্দনা, অহিংগী মতমদা সহরদা চৎলুবদগী হল্লকপা মতমদা জগাই মাধাইগা থেংনরম্মী অমসুং কৌরক্লম্মী মহাক কনানো হায়না। নিত্যানন্দনা পাউখুম পীরম্মী, "ঐ ঐগী ইবুংঙোগী নাক্তা চৎলুবনি"। য়ু ঙাওবনা মরম ওইদুনা মমিৎ থক্কৎলম্মী অমসুং মহাক্কী মমিং হংলম্মী। মদুদা নিত্যাইনা মহাক্কী মমিং অবধুত কৌই খুন্নম্মী। ৱাহৈ অদু তাবদা আশাউবগা লোয়ননা লৈপাক্লা শাবা চফূ অমনা নিত্যানন্দগী কোক্তা থারম্মী। চফূ অদু মচেৎ মচেৎ খায়রম্মী অমসুং নিত্যাইগী কোক্তগী ঈ চেন্থরক্লম্মী। ঈ চেন্থরকপা উবদা, জগাই থম্মোয়দা মীনুংশি ফাওরম্মী অমসুং মাধাইনা অমুক হন্না থাগে তৌবদগী মখূৎ পায়শিন্দুনা থিংলম্মী। নুপা অমনা পাখৎনা চেনখিদুনা পাউ অদু ইবুংঙো চৈতৈন্যদা তন্নম্মী অমসুং সাখা কয়াগা লোয়ননা মফম অদুদা থুংলম্মী, ঈ তাবা উবদা শাউরম্মী। ইবুংঙো চৈতৈন্যদা নিত্যানন্দনা কন্না মরৈ য়েৎচরম্মী, "জগাইনা ঐবু মাধাইনা ফৃগদবদগী কনবনি। ঐঙোন্দগী শিন্থখিবা ঈ খরা অদু তাঞ্জা চাদদুনা ওইখিবনি। ঐহাক থোইনা শোকপা নত্তে। মী অনী অদু থাদোকপীখো। ঐ অৱাবা করিসু ফাওদে। থৌজাল হৈবা ওইবিয়ু"। জগাইনা নিত্যানন্দবু কল্লি হায়বা ৱাফম তারবদা ইবুংঙোনা জগাইবু চেৎনা কোল্লম্মী হরাউবগা লোয়ননা, ৱাহৈশিং অসি হায়রদুনা, "কৃষ্ণনা নহাকপু থৌজনবিরে। নিত্যানন্দ কনবনা মরম ওইদুনা নহাক্লা ঐবু নঙগী মীচঙদা লেপহল্লে। নহাক্লা পাম্বা খুদিংমক নিজরো। ঙসিদগী হৌরদুনা নহাক ঈশ্বরবু নুংশিবা হায়বা ৱাফম ফংলগনি"। অসিগুম্বা কৃপাগী ৱাফম ফংলবদা জগাই খুদক্তা থম্মোয়নুংদা খঙহৌদনা নুংশিগী ইফুৎ ফাওরক্লম্মী। ইবুংঙোনা

অসুম্না তাকপীরম্মী, "হৌগৎলো জগাই ঐবু দর্শন ফংজরো। খুদক্তা ঐ নঙোন্দা থৌজাল পীরবনি"। ইবুংঙো মহাক্না মহাক্কী ঙাকপীহৈরবা চরন থম্বাল জগাইগী মথবাক্তা থাঙ্গৎপীরম্মী। মদুদা জগাই মমল নাইদ্রবা শ্রীচরনবু খুবাম চেৎনা কোনশিঞ্জরম্মী।

ইবুংঙোনা জগাইদা থৌজাল হাপ্পিখিবা উবদা মাধাই পনবা তৌদনা নিত্যানন্দগী ফি পায়রদুনা ইবুংঙো মহাক্কী চরন্দা শাংনা দন্দবত তারম্মী কপ্পগা লোয়নননা অমসুং হায়রক্লম্মী— "হে! জগৎকী মপু, ঐখোয় অনীমক মফম অমত্তদা পাপকী থবক চত্থবনি। নহাক্কী থৌজাল ঐগী শরুক থুংবিয়ু। ঐঙোন্দা মীনুংশি পীনবিয়ু। ঐ নহাক্কী নাম শোঞ্জরগে। নহাক নত্তনা ঐবু কনামত্তনা কনবিবা ঙম্লোই"। নিত্যানন্দনসু ৱাহৈশিং অসি হায়রদুনা ইবুংঙোদা নিজরম্মী, "জগৎকী মপু, ঐনা করি হায়গনি? করিগুম্বা ঐ মমাংগী মপোক্তা ধর্ম্মগা মরী লৈননা তৌজবকপা কর্মগী ফল তানশিঞ্জরম্লবদি, ঐ ইশামক্লা মাধাইদসু কৃপা পীগনি। মাধাইনা ঐগী কোক্তা চফূ মচেৎনা থাদুনা শোকহনবা ওইরগসু মতৌ করম তৌদুনা মঙোন্দা প্রেম ভক্তি পীরোইদৌরিবনো? থৌজাল হাপ্পিয়ু, মাধাই নঙোন্দা চঙজরবনি"। ৱাফম অসি হায়বদুনা নিত্যানন্দনা অদুগুম্বা পাপ চেম্লবা মীশক অদুবু মথানুংদা চেৎনা কোনশিনবিরম্মী অসুম তৌদুনা মাধাইগী মরাল কোমথোকপিরম্মী। অসুম তৌদুনা অনী অদু নিংখা তম্বা ফংখিরম্মী অমসুং অনীমক্লা গৌর-নিত্যাই অনীগী চরন্দা লাইশোলগা লোয়নননা চঙজবম্মী। মখোয় অনীদা চৈতৈন্য মহাপ্রভুনা অসিগুম্বা অহোংবা অসি পীনবিবনি। "মখা তানা পাপ লংশিল্লগনু। তাবো অনীমক! ঐ মসি লেপ্পমক হায়রি। নখোয়না মপোক কয়া চঙনা তৌবকপা পাপকী থবকশিং অদুগী ফল ঐগী লেংবান্দা লোইনমক থোঙ্গৎলবনি, মরমদি নখোয় অমুক হন্না পাপকী থবক তৌররোই"। ইবুংঙো মহাক্না মহাক্কী সাখাশিংদা অসুম্না তাকপীরম্মী মরমদি মখোয় অনীমক ইবুংঙোগী জগাহদা পুননবা অমসুং ঐ মখোয়গা লোয়নননা কির্ত্তন তৌগনি। ব্রাহ্মানা ফাওবা ফংবা ঙমদ্রবা লন ঐনা ঙসিদগী নখোয় অনীদা হাপ্পিরবনি। ঐনা মখোয় অনীবু সংসারগী মনুংদা লৈবদা ধর্ম্ম চেনবা পুক্নি পীরগনি"।

*"না সাধায়তি মম যোগ নো সংখ্যম ধর্ম্ম উদ্ধবা না সধ্যাযস্তপাতাগো যথা ভক্তির মমোরজ্জিতা"।*

*বিঐইচ এলবেন ১৪ঃ২০*

যোগ নত্রগা মহৈ মশিংনা পৃকচেল শেংবা নত্রগা পুন্নমক থাদোকপা ঙম্বগী ৱাখলনা ঐবু (শ্রীকৃষ্ণবু) লাইনীংবনা পীবা মহৈগুম বন্দি থমই।

মায়াদগী নাপ্পোকপনা পুন্নমক্তগী অথোইবনি, অদুবু মসি ঈশ্বরবু নুংশিবা প্রেমগা

চাংদম্নরবদি মেরু চীংদ নাকন্দা লৈবা হঙ্গাম মরু অমগুম্বনি, শিবা নাইরবা মীওইবগী মপোক্লা মশাখক্তগী ওইজবা থিরবদি অমসুং ঈশ্বরবু মতৌ করম তৌদুনা নংশিগদগে খঙদ্রবদি মহাক্কী আত্মা অদু কৈদৌনুংদা মহাকপু ফংবা ঙম্নরোই কাউথোরক্কনি।

## বৃন্দাবনগী লীলা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মগুন

মীওইবগী আত্মাবু হরাউবা পীবা অমসুং পেলহনবা ঙম্বা বৃন্দাবন, পূর্ণমক্তগী থোইববা ইবুংঙো (শ্রীকৃষ্ণগী) মহাক্কী লিলা শান্নফম, মায়াদগী নাম্থোক্লবা মক্তবা থম্মোয় কয়াবু থৌজালগী মীৎয়েং পীবিবা লোয়ননা ইবুংঙো মহাক্কী চরন্দা চঙজনবা খৌরাংবা পোকহল্লম্মী। মীওইনা পোকচবগী মহৈদি ঈশ্বরদা লৈবা প্রেমগী থাক অসুম অসুম হেঙ্গৎহনবনি, আত্মাবু পেলহনবিরিবা অমসুং মহাক্লসু পেনবিবা শ্রীকৃষ্ণনি, মীওইববু লানবীনবা অবতার তৌরকপনি অদুগুম্বা মফম অদুদা মুক্তিগী ৱাফম লৈতে, মরমদি মুক্তি হায়বসি মশাখক্তংগী ওইজনবা খনবা ৱাখলনি।

শ্রীকৃষ্ণগী বাশিঁ খোঞ্জেল তাবা মতমদা জগৎতা লৈরিবা ইবুংঙো মহাক্কী খুৎশেমশিং হরাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে, খুদিংমক তনিকপা ফাওরম্মী। উপালশিংনা খুদক্তা মপাল শাৎপা হৌরম্মী, উরিনা উপালশিংদা য়েৎলম্বা কোমথোক্লম্মী, থম্বাল শাৎকাইরম্মী অমসুং তুরেল খোংবান্দা হৌবা শিংমুৎ-শিংনাংশিং জগোই শাবা হৌরক্লম্মী। কৃষ্ণনা লৈরিবা মফম নত্রগা মহাক্কী বাশিঁগী খোঞ্জেলদা জীব খুদিংমক নীংতম্না হরাউ মথোই কারম্মী। ইবুংঙো মহাক্না লেঙশিনবীরকপনা মরম ওইদুনা পুন্সি মহৈ য়াল্লম্মী, তনৌ তনৌরম্মী অমসুং চোৎলম্মী। কৃষ্ণ লৈবা মফমদা, পাঙ্গল থৌনা ফংবা ওল্লম্মী। কৃষ্ণ লৈবনা লৈপাক লৈহাও চেল্লম্মী অমসুং পোথোক মরাং কায়রম্মী।

হিয়াঙ্গেগী পূর্ণিমা নুমিত্তা বৃন্দাবনগী উমংদা থোকখিবা থৌদোকশিংনা মীরোল

কয়ামরুম লিশাং শিংনা ঈশ্বরগী চরন্দা চঙজবা অমসুং যুগ কয়া লোইবা নাইদবা আত্মাগী মচাকশিং পীদুনা লাক্লি।

স্বামী বিবেকানন্দমক্না অসুম্না হায়— "অঙকপনি ইবুংঙো মহাক্কী পুন্সি খোঙচৎ, খঙবদা স্বাইদগী লুরবা পোৎশক ওইবা অমসুং কনা অমত্তনা খঙগে হায়না তান্নরুবা তৌদে, মহাক মশানা মশাগী অচেৎপা অমসুং অশেংবা থম্মোয় চেন্দ্রিবা ফাওবা, বৃন্দাবনগী লমদমদা ফজরবা লিলা কয়ানা ফোঙদোকই অদুগুম্বা নুংশিগী ওমখৈ নাইদ্রবা ঈথক-ঈপোম, মদু কনা অমত্তনা ভাব তাবা ঙম্বা নত্তে, মহাক অদুনা মপূং ফারবা প্রেমগী রস য়াওবা পাত্রদগী মবৃক পেন্না থক্লিবমখৈ। কনানো গোপীগী প্রেম অমসুং মদুগী নুংগী অর্থ পীবা ঙম্বা, মদুদি ফিদম্লিংঙাই ওইরবা মখলগী নুংশিবনি, মখল অদুনা করিগুম্বা পোৎশক অমগী অপাম্বা উত্ত্রবা, স্বর্গ ফাওবা থৌশাদ্রবা নুংশিবা মখলনি সংসার অসিদা করিগুম্বা অমত্তগী চেকশিনবা লৈত্রবা নত্রগা মথংগী মপোক্তনা করি ওইবা" ?

গোপীশিংগী পাপ চেন্দ্রবা মপোকপু ইতিহাসকার কয়ানা শিংথারদুনা অচম্বা গোপীশিংগী প্রেম ইবুংঙো কৃষ্ণগী মফমদা লৈনরিবা মরী উৎলি। ব্যাসদেবগী মচা মতম পূম্নমক্তা ওমর ওইদুনা লৈরবা সুক মুনিনা অসুম্না পল্লম্মী— "মশা মতোমতগী খনবা ব্রাখলনা খুদুম চল্লিবা মখৈ অদুক্কী মতিক ঈশ্বর ফংবা ঙম্বা ওইথোক্তে"।

"হে! মীওইবা সনা, লুপা অমসুং মিংচৎকী ব্রাফম, মতম খরতগী ওইবা সংসারগী পুন্সি কাউথোকউ। অদুগী মতুংদা, মদুনা পাম্বে ওইরগা, মীওইবগী আত্মা মপূং ফানা শেংদোক্লিবা ফাওবা কয়াগী মতিক অশেংবা পোৎশক ওইরিবা জ্ঞান লৌশিন্নবা হোৎনদ্রিবা ফাওবা, পূম্নমক থাদোক্লবা মতুংদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈরিবা ব্রাখল্লোন ভাব লৌশিনবা ঙমগনি। যূম পানবগী ব্রাখলনা খুদুম চল্লবা মীওইশিং, পৈশাগী নত্রগা মিংচৎকী অমসুং মীকূপ খুদিংমক মখোয়গী থম্মোয়নুংদা অপাম্বনা থূমহৎতুনা ঈথক-ঈপোম কারিবমখৈ, গোপীশিংগী প্রেমগী মরমদা লাল্লি হায়দুনা শিংথাবগী থৌনা লৈগনি মদুদা নিংহন্নবা তৌরোই"।

মসি শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনা পীবা মহাউ মখল অমনি। চাউরবা দর্শন শাস্ত্রগী লাইরিক ওইরিবা গীতামক্না অদুগুম্বা গোপীশিংনা ইবুংঙোগী প্রেমদা ঙাওবা অদু পোৎশক অমত্তগা চাদংম্নবা তৌরমদে মরমদি গীতাদা ষিশ্যশিংবু তপ্না তপ্না পম্বুং ফংননবা তম্বী, অদুফাওবদা মপূং ফানা নুংশিবগী ময়াই কারবা আমৃতগা পাংখক ওইরম্মী।

অফাওবা মুনি মধুসুদন শ্বরসতিনা লেপ্নমক অসুম্না মখাগী ব্রাহৈশিংগা লোয়ননা তাকপীরম্মী, 'ধ্যান তৌবদা পক্লিং থিংজিনবগা লোয়ননা, সাধনদা লূপ্লিবা লাইনীংবশিং

অদুনা শিংথাবা য়াদ্রবা অমসুং ফল লৈত্রবা মঙাল উবা ফংলব্দি, মখোয় অদু উজসনু; অদুবু ঐগীদমক্তদি ঐনা পূক্লিংদা য়াম্না কন্না খৌরাংজবা ঋাফম ওইরিবদি ঐগী হরাউরবা মীত্তা উরিবা মঙাল অদু শংবান্নবা মচুগী ওইহনবীয়ু, 'যমুনা তোর্ব্বান্দা বৃন্দাবন্দা লিলা শান্নরিবা ইবুংঙো ওইহনবিয়ু"।

অথোইবা সনাতন গোশ্বমীনা অসুম্না পল্লম্মী, "অরংবা মঙাল, মতম পূম্বদা লংদুনতা লৈরগদবা বৃন্দাবন্দা, বৈকুন্টধাম থাদোক্লন্নগা, মনি মুক্তা মশক ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংনা মতম পূম্বদা বৃন্দাবন্দা লৈতাদুনা লৈ, মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা মফম অসিদা ষন শেন্দুনা ব্রজকী লমদমদা মতম পূম্বদা লৈ, মফম অসিদা মহাক্না মহাক্কী শুমহৎয়াই পুরবা বার্শি খোংই অমসুং মহাক্কা লোয়ননা গোপীশিংনা রাশলিলা প্রেমগী রশ মপূং ফানা ফোঙদোকপা ঙম্নবা ঈশিংগী ঈচেলগা পাংখক ওইরবা প্রেমগী লিলা যমুনা তুরেল খোঙবাল নক্না হেমন্ত রিতুগী মবুংঙো ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা সখিশিংগা লোয়ননা রস লিলা শান্নে"। শ্রী প্রবোধানন্দ শ্বরসতিনা হায়, "বৃন্দাবন, রাধা-কৃষ্ণ অনীনা লেঙদনা লৈবা মফম্নি, শ্রীবৃন্দাবন, ঐগী অমত্তা ঙায়রবা চঙজফম লৌরিবা মফম্নি মতম পূম্না প্রেমগী ঈচেলনা থূমহৎলবা মফম্নি। রাধা-কৃষ্ণগী জুগোল মুর্ত্তিবু নিংশিংলুবদা মীৎলুদগী প্রেমগী ঈচেল শিষ্থরি। বৃন্দাবনগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী মীহৌজবদি যুগোল মুর্ত্তি মীত্তা উজবনি"।

কবিরক্তগী অথোইবা লাইনীংবা জয়দেবনা অসুম্না হায়, "ঈচেল তপ্পবা যমুনা তুরেলগী খোঙবান্দা, শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অপান্বা উত্তুনা গোপীশিংগা লোয়ননা মহাক্কী মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈরগদবা লিলা কয়া শান্নবীরিবা মদনগোপালগী মফমদা ঐগী ঋাখল পূক্লিং লেঙদনা থম্বীবা পীনবিয়ু। ইবুংঙোগী য়েংবদা শুমহৎনিঙাই ওইরবা, ফুগাইনা শাৎকাইরবা লৈরাংগী মতৌ, কোকথক্তা ঋাহোংগী চূড়ানা লৈতেংবা, মহাক্না ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তিদা লেপ্তুনা বার্শি পায়দুনা খোংলকপা মতমদা ব্রজনারী খুদিংমক্না বার্শিগী খোঞ্জেলদা ঙাওবা হায়রিবা মফম অদু বৃন্দাবনগী মনুংদা যমুনাগী মপান্দা লৈরিবা কেশিঘাতনি। য়েংবদা অঙকপগা লোয়ননা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মায়থোঙ নাপদা কুন্দর নাইন ঙাগী মওং মানবনা নিংথিজরবা ইবুংঙোগী খজাইদা চূপ্তুনা লৈরিবা অমসুং খোই-খোইবা শম্লাংনা লাইবক্তা লৈতেংবা ইবুংঙো মহাক্নি। ইবুংঙোগী মায়থোঙ অমসুং চিনবান্দা মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা রাস লিলাগী ঋাখলদা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরি, অসিগুম্নবা য়েংবদা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা নিংথিজরবা শক্তম্না ভক্তশিংবু নুপী নুপা খায়দনা মনাকোংদা নামগী রস পীবিরি অমৃতগী মতৌগুম তাজরি"। মমীৎ কৃপ্তুনা অসুম তৌদুনা গোপী খরনা মতাশিংদা করেম্নবা মওংদা অসুম্না হায়—

*"য়েংউনে ইতাশা! ঐকেশিঘাততা চৎলোই মফম অদুদা জগৎকী মপু অথোইবা লৈ*

*খৌরাংবগা লোয়ননা গোপীশিংগী পগুলবা থম্মোয়বু হুগদবগী*

*অমুক্তং নখোয়না মহাকপু উরুরবা মতম পূম্নমক্তা মহাক্কী বন্দি ওইবা শোয়দ্রবনি"।*

শ্রীকৃষ্ণগী সখা লংলবা মনিগী পাংখক ওইরবা, উদ্ধবনা ইবুংঙো মহাকপু অসুম্না খুরুমই, "ঐনা ঐগী সাধনা কান্নবা ফংবা তারবদি ইবুংঙো নহাক্না ঐঙোন্দা থৌজাল পীবিরগদি বৃন্দাবনগী লমদমদা উরি ওইনা পোক্লগা গোপীশিংগী পাদ রেনু (খুয়াগী উফুল) দা হুন্না হুন্না ওঞ্জরগা, তোল্লবা ঐহাক্কী হকচাং অসি শেংদোকচরবা, ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা মপোক মহে য়ানবা পুন্সিনি, মসিখক্তং ঐঙোন্দা পীনবিবা ওইহনবিয়ু"।

শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না অসুম্না তাকপি, "ঐহাক বৃন্দাবন্দগী খোঙফম অমা ফাওবা লেঙথোক্তে"। অসিগুম্নবা বৃন্দাবন অসি শ্রীকৃষ্ণ খঙনবা পাম্বেনি, ইবুংঙো মহাকপু ফংগে হায়না তাল্লবদি গোপীশিং খুয়াখাদা চঙজরগা জীবগী পূম্নমক্তগী থোইরবা নুংঙাইবগী পনখে ফংবা ঙমগনি অমসুং মক্রুবা ৱাখলগা লোয়ননা কৃষ্ণ ফংবা ঙমগনি।

'গোলুক' অমসুং 'গোকুল' লমদম অনী অসিগী মান্নবা অমসুং খেন্নবগী মরমদা সনাতন গোশ্বামীনা অসুম্না তাকপী। মহাক্কী খ্বাইদগী অথোইবা লাইরিক ওইরিবা "বৃহত-ভাগবতামৃত" অসুম্না হা, "ইবুংঙো মহাক্না মহাক্কী হৌখিবা লিলা কয়া শান্নদুনা গোলূকতা তৌবগুম গোকুলদসু ওইরম্মী। অনীগী মরক্তা খেন্নরিবা ৱাফমদি মখোয়গী লৈফম ৱাংবা নেম্বা খক্তনি। মরমদি কৃষ্ণনা গোলুকতা মশামক্না লিলা শান্নবগুম চীংদোং ওইরিবা গোকুলদসু শান্নে। তশেংনা হায়রবদা অনীগী মরক্তা য়েংলুবদা খেন্নবা লৈতে, মসিখক নত্তনা গোলুকনা খরা চৎখৎনা লৈতোং যমুনা মায়কৈ মরিদা কোয়শিনবা অদুগা গোকুলনা চীংদোং শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী তৌবা ঙম্বা শক্তি খুদিংমক উৎখিবা মফম্নি"। শ্রী জীব গোশ্বামীনা মহাক্কী লাইরিক "ভগবত সন্দরভা" দসু অসুম্না মান্ননা তাকপী, "গোলুক মশক খঙগে হায়রবদি, বৃন্দাবন্দা মতম খুদিংমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙদনা লৈবা মফম্নি, গোলুক অমসুং বৃন্দাবন মফম অমত্তনি, অদুম ওইনমম শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী লিলা, মীওইবগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা কয়া উত্তুনা শান্নখিবা মফম বৃন্দাবন্দা, মসিমক্না ওইহল্লি লাইরৈবাক ধৰ্ম্মগী লমদম অমসুং মথুরা প্রদেশকী মনুংদা লৈরিবা গোকুল, ইবুংঙো মহাক্না মহাক্কী লিলা খুদিংদা অচুম-অরানগী সাসনগী চূপ্পি পায়রিবা মফম ত্রিভুজ মানবা চীংদুম্নি"।

## গৌড়িয়া ধর্ম্ম পরমপরা অমসুং গোশ্বামীশিং

গৌড়িয়া ধর্ম্ম চৎলিবা বৈষ্ণবশিং অমসুং তৎপা নাইররোইদবা গুরুশিংগী মথং মনাও নাইবা গুরু পরমপরা অমসুং মসিগী ব্রাখল্লোনগী মরমদা ঐখোয়না খরদং পঞ্জরি। হায়রিবা গুরুশিং অসি তশেংলবা পরমাহংস ওাক্তনি বদ্ধামুক্তা নত্তে (মায়াদগী নাম্থোক্লবা নিংতম্লবা জীবশিংনি সাধনাগী মতেংগা লোয়নননা), মতম খুদিংমক্তা শিবা নাইদনা লৈরগদবা ভগবানগী মনাইশিংনি, মখোয় কৈদৌঙৈদা মায়াগী সংসারনা পুন্দুনা থম্বা ওন্নরোইদৌবা জীব ওাক্তনি। ঐখোয়না খওই সংসারসিদা লৈরিবা মীওইবা অয়াম্বা শরুক কারানাবদি শারি বিষ্ণুদগী থোরকপা অনাদি বাহিরমুখনি হায়বদি মায়াগী মখা পোল্লবা জীবশিংনি। জগৎকী অথোইবা মপুনা মহাক্কী হ্লাদিনিগী গুন তৌগে হায়বতা ওম্বা ইবুংঙো মহাক্কী চিত-শক্তিগী পান্থৈনা শ্রীবলদেব-তত্ত্বভা নত্রগা অদি-সমকারসনাগী মহৈনা ওইরকপা জীব খরা লৈ, মখোয় অদুবু বিভিন্নামসা নত্রগা তাতাস্তা শক্তি ওইজরগসু, লৈখা তাগদবদগী কনবা, মায়াগী লাংদা লাইনা থুবা ওমদবা ওইহল্লি। মখোয় হীরম কয়ামুক্তা শ্রীভগবানগা মতম পূম্নমক্তা লোয়নদুনতা লৈরগদবা মনাইশিংনি। মখোয় মায়াগী কর্ম্মচক্রদা তিন্দ্রবা, হন্না হন্না লৈদুনা লৈরিবা মায়াগী চক্রদগী নাম্থোক্লবা অরাবা মশক খওদ্রবা জীবশিংনি। জগৎকী মপুনা মহাক্কী ধর্ম্ম শন্দোক্লবগী থৌদাং যুগ খুদিংদা পাওথোক্লবা অচুম্বা বিচার পুরক্লবা, নুংশিবা হায়বা পোৎশক পীবিনবা, মীনুংশি হায়বসি করিনো জীবশিংদা তম্বিনবা মহাক্কী চান্নরবা ভক্তশিংবু হেক হেক সংসারদাথাবিরকই মসিগী প্রমান ওইনা ঈঞ্জিন অমনা যাত্রিক লিশিং লিশিং তোওান-তোওানবা

ডবাশিংদা পুবগুম পথ-পুমথরবা অমসুং অশি-অনাগী সংসারদগী মঙ্গলগী মশক নুংঙাইদুনতা লৈরগদবা মফমদা পুবিরম্মী। মখোয়সু অতৈ মীওইশিংগুম্না পোকপা শিবা নাইরিবনি। অদুবু তশেংনমক্তি মদু নত্তে। মখোয় মঙ্গলনা থল্লবা মফমদগী কৃমথবিরকপনি অমসুং মখোয় ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক মপূং ফারবা মতুংদা মখোয়না পাম্বা মতুংইন্না মখোয় হনখিবনি। মসিবু আবিরভাব অমসুং তিরোভাব হায়না শাস্ত্রনা মিংথোল্লি। অয়াম্বা ভগবানগী অথোইবা মনাই ভক্তশিং অসি ম্লেতাহ কুল্লদা পোকই মদুনা সংসারদা উৎলিবদি ভগবানগী ভক্ত হায়বসি কাংলূপ মখল অমত্তদা তৃংদুনা লতে তাকপনিঃ স্বাপচ অপি গরিয়ান— কনাগুম্বা মীওই অমা হুই চাবগী কাংলূপ্তা পোক্লবা, মহাক ভগবানগী মনাই অমা ওইরবদি, মহাক্না লাইনীংদবা ব্রাহ্মন অমদগী হেন্না থোইবা ওইগনি।

ঐখোয়না খঙই মদুদি রাধা কৃষ্ণ অনীনা পুল্লপ পূনশিল্লগা গৌরাঙ্গ ওইনা কলি যুগতা অবতার তৌরম্মী— শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণগী লাইনীংগা লোয়ননা ধর্ম্ম শন্দোক্লবা তাইবংদা খোঙদাবিরকই। মসিগা প্রমান ওইবা য়াবা ৱাফম অমনা কনাগুম্বা নিংথৌ অমগা মহাক্না চৎলিবা মফম খুদিংদা মহাক্কী অঙম-অথৌশিং লোয়নবগুম্বনি। 'কবিকর্ন পুরা ইন হিজ গৌরাঙ্গনোদ দেশা দিপিকা' দা মহাক্কী অচানবা মনাই ভক্তশিংগী পরেং অমা পন্দুনা য়াওই। মখোয় অদুনা ইবুংঙোগী পাঙথোক্কে খল্লিবা ধর্ম্ম শন্দোকপগী থৌরমগা লোয়ননা অবতার তৌবিরকপদা লোয়নরকই অমসুং পাঙথোকই ইবুংঙো মহাক্কী মতমদা অমসুং মহাক্না থৃপশ্রবা মতুংদসু। ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী শান্নরিবা লিলা খুদিংদা শরুক য়ারদুনা মশা মশাগী মথৌ মপূং ফানা পাঙথোকই। খুদম ওইনা হায়রবদা শ্রী স্বরুপ দামুদর অমসুং শ্রীরামানন্দ রায় মমাংগী মপোক্তা ললিতা অমসুং বিশাখা মথং মনাও নাইনা ওইরম্মী অমসুং গোশ্বামী তরুক রুপ, সনাতননচিংবা বৃন্দাবনগী গোপীশিংগী মনুংদা মঞ্জুরিগী থাক্তা লৈ অমসুং মনুং চল্লি। অসুম তৌদুনা লৈরিবা ভাগবাতা খুদিংমক গুরু পরমপরা (মথং মনাও নাইনা চত্থরকপা) দা মনুং চল্লিবা খুদিংমক অতৈ কনাসু নত্তে গোপীশিংনা ইবুংঙো মহাক্কী লিলাদা ইবুংঙোতবু খৌরাংজবা অমসুং লিলাদা মাগী মাগী মরুওইবা থৌদাং লৌরম্বা ঙাক্তনি।

শ্রীচৈতন্যগী মতুংদা লৈরিবা বৃন্দাবন গোশ্বামী তরুক অদুদি— শ্রীরুপ গোশ্বামী, শ্রীসনাতন গোশ্বামী, শ্রীরঘুনাথ ভত্ত গোশ্বামী, শ্রীজীব গোশ্বামী, শ্রীগোপাল ভত্ত গোশ্বামী (মহাক শ্রীরঙ্গমগী বৈষ্ণব কাংলূপ্তগী লাকপনি) অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাস গোশ্বামীনি। মরুওইনা শ্রীরুপ গোশ্বামী অমসুং জীব গোশ্বামী মখোয় বৈষ্ণব সংসারদা সর্ব্ব ভৌমাশিংনি। পৃথিবীদা লৈরিবা ইবুংঙো মহাকপু থাজবা লাইনীংবশিংদা, ইবুংঙো মহাক্কী অবতারগী লিলা শান্নরিবা

লমদমদা মথক্তা পনথ্রিবা গোশ্বামীশিং তাঙলবা মনি মুক্তাগুল্লবা মখোয়না মথৌ পাঙথোক্কুনা নাম পীবিরম্মী। চৈতন্য মহাপ্রভুমক্কী থম্মোয়না মহাক্কী অবতারদা থেংনরিবা প্রেমগী ঈপাক্তা তাউরদুনা রাধাবু নুংশিজবগী পনখে য়ৌবগা মরী লৈননা চাংয়েং তৌবা পাম্বা ব্রাফম অদুবু শ্রীরুপ গোশ্বামীনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা মপৃং ফানা চুপশিনবা গুম্বগী মতাংদা শ্রীচতন্য ইবুংঙোনা শিংথারম্মী। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, জগন্নাথদেব ইবুংঙোগী কাং চিংবা মতমদা, ইবুংঙো মহাক্কী পূক্লিংদা ফাওরকপা ব্রাখল ইশৈ ওইনা শক্কুনা অঙাউবগী মতৌগুম লৈনা নুংঙাইবগী থাক মতোললোম্না জগোই শারম্মী। অদুগুম্বা মতৌ অদুবু কনা নক্তনা শ্রীশ্বরুপ দামুদরনা লেঙশিনবা ঙম্লম্মী। নোংমা শ্রীচৈতৈন্য ইবুংঙোনা শ্রীরুপ উনবা লাক্লম্মী, মতম অদুদা শ্রীরুপ হরিদাস ঠাকুরগা লোয়ননা পুরীদা লৈরম্মী। ইবুংঙোনা খুদক্তা শ্রীরুপনা ইরিবা খৃৎই লাইরিক্কী মরমদা খঙলম্মী শ্রীরুপকী লাইরিক্কী মমিং 'য়াহ কৌমারাহার সা এভা হি' কৌই। লাইরিক অদু উরুবদা ইবুংঙো হরাউবগী ঙমখৈ লৈরমদে অমসুং শ্রীরুপপু চেৎনা কোনশিনবীরগা অসুম্না হায়রম্মী, "মতৌ করম তৌদুনা নহাক্না ঐগী থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা থল্লিবা ব্রাখল উরিবনো"? ইবুংঙোগী নাক্তা লৈরিবা অমসুং লোয়নরিবা স্বরুপ দামুদরবু শিংথারদুনা মহাক্না অসুম্ন হায়, "মতৌ করম তৌদুনা শ্রীরুপনা ঐগী থম্মোয়গী থৃপ্লবা কাচিন্দা লৈবা ব্রাফম ফোঙদোকপা ঙল্লিবনো? পাউখুম পীরদুনা স্বরুপনা হায়রম্মী, "হে! জগৎকী মপু মদুনা তাকপদি ইবুংঙো নহাক্না অখাকপা লৈতনা ঐঙোন্দা থৌজাল হাপ্লিরে"। গৌড়িয়া বৈষ্ণবশিং অসি বৃন্দাবনগী গোশ্বামীশিংদগী হৌরকপা ওইরগসু মখোয় রুপানুগা গৌড়িয়া বৈষ্ণবশিংনি হায়না মশা মশাদা অসুম্না খল্লি অমসুং মদুগীদমক্তা চাউথোকচৈ।

শ্রীল কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোশ্বামীনা 'শ্রীচৈতন্য চরিত্রামৃত ইদুনা, গোশ্বামীশিং অসিগী মতুংদা মখোয়না পাঙথোক্লম্বা ধর্ম্মগী থবক কয়া ফোঙদোকই অমসুং শ্রীনিভাস আচার্যনা নাম শন্দোকপগী মরম, শ্রীনরোত্তম ঠাকুরগী ব্রাখল্লোন অমসুং শ্রীস্যামানন্দচিং কয়াগী মরমদা ফোঙদোকই। তরানিপানগুবা সতাব্দি য়ৌরকপদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৈখা তারকপগী খুদম ফংলম্মী। শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি অমসুং মহাক্কী মতুংইনবা হোৎনবা কনবা শ্রীবলদেব বীদ্যাভুসন্না ধর্ম্ম অসি হিংগৎনবা শেমদোক শদোক্কুনা হোৎনরম্মী। মখোয়গী মতুংদা চাউরাক্লা সতাব্দি অমরোম (চহী ১০০) অমম্বা মতম অমা লাকখিরম্মী। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা কনাগুম্বা ধর্ম্মগী লুচিংবা অমত্তা থিবা ফংখিদে অমসুং শেংলবা ধর্ম্ম অসিবু ঙাক্কুনা থম্বা ঙমখিদে। অসুম্না ওইরক্লিবা অবস্থানা ধর্ম্মগী পান্দম মতিক চানা খঙহৌদ্রবা চার কয়ানা মসিবু থৌশারমদে অমসুং করেম্নরম্মী। লৈহৌরিবা ধর্ম্মগী চারশিং অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী থাক খম থেংলবা

লিলাবু লান্না অর্থ হল্লম্মী অমসুং ধর্ম্ম অসি লৈখা তারম্মী লোয়ননা সমাজগী লমচৎ-শাজত্তা শাথিনা শোকহল্লম্মী। হিন্দু সমাজদা কাংলূপ খায়দোকপগী চৎনবী লৈবা অনেম-অবাং খায়বনা মরম ওইদুনা লৈখা তাবা অমসুং পৃথিবীগী মীয়াম্না খঙনরবা অতোপ্পা কাংলূপকী ধর্ম্মগী ব্রাখল্লোন ভারত্তা লাকখিবনা অনীশুবা মরাই চাইথরকপগী মরম্নি। খৃষ্টান ধর্ম্ম লাকখিরম্মী অমসুং বেঙ্গোলদা ব্রহ্ম ধর্ম্ম হায়বা অমা, জাতি পৃম্বগী ব্রাখল্লোননি খন্না সমাজগী পুন্সিদা নোংচুপ লৈবাকশিংগী চৎনবী, শাজৎ-লিচৎতা যূম্ফম ওইরগা লিংখৎলম্মী। বেঙ্গোলগী সাধু শ্রীরামকৃষ্ণ, থায়নগী নত্রগা হৌজিক্কী আচার্য্যশিংগী ব্রাখল্লোন্দগী তোঙান তারবা, মহাক্না মতম খরতগী ওইনা আত্মাগী মচাক থিবা ওইনা, পুন্সিগী জহাজ তোংখিরম্মী। স্বামী বিভেকানন্দ মহাক্কী পুন্সি কথোক্না ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক তৌরম্মী, মহাক্কী ব্রাখল্লোন শ্রীরামকৃষ্ণগী ব্রাখলগা খেন্নরম্মী। মহাক্না লন্নাইগী ওইবা সাধনা অমা হৌদোক্লম্মী মদু মীয়াম শীন-থুংনা চৎনবা য়ানবা হোৎনরম্মী অমসুং ধর্ম্ম অদু লাইরিক-লাইশু হৈরবা ইংরাজী মচাশিংদা শন্দোক্লম্মী।

গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম মপূং ফানা মশাগী লৈজরম্বা ইজ্জৎ অমসুং মঙাল লৈখা তারবা তাঙ্গাদা, শ্রীল ঠাকুর ভক্তি ভিনোদ ভক্তিগী ঈহৌগী লময়ানবা হায়না মীয়াম্না খঙনরিবা, মহাক অসি ভগবানগী অচানবা মনাইনা ধর্ম্ম অসিবু নৌহৌননা মাঙখ্রবা মিংচৎ হঞ্জিন্নবা হোৎনবিরম্মী। মহাক্কী কলমদগী পাক চাউরবা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া পুথোক্লম্মী। গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম মতিক মঙাল লৈনা অনৌবা যুগ লাক্লম্মী। ভগবান শ্রীচৈতন্যগী পোক্লফম ওইরিবা শ্রীধাম মায়াপুর মহাক্না পুথোক্লম্বনি অমসুং অনৌবা ধর্ম্ম শন্দোকপগী মওং হৌদোক্লম্মী। ঠাকুর ভক্তি ভিনোদকী মতুংদা চাউরবা শক্তিনা লৈতেংবা শ্রীপ্রভুপাদ শ্রীল ভকিত সিধান্ত সরস্বতি গোশ্বামী ঠাকুর লাকখিরম্মী। মহাক্না শ্রীচৈতন্য মাথ মায়াপুরদা লিংখৎখিরম্মী। মায়াপুর হায়রিব মফম অসিদি লায়শঙশিংগী সহরনি। তশেংনমক পৃথিথক্তা স্বর্গ ওইরিবনি।

# তৃল্লম্বদগী আত্মানা মীকপ থোকপা

মতৌ করম তৌদুনা নারদ রিষি, মীনাই নুপীগী মচা অমসুং প্রহ্লাদ আসুরাগী মচানা শ্রীভগবান বিষ্ণু ফংজখিবনো হায়বা মখাদা উৎলি—

নারদ মশামক, মীনাইনুপীগী মচা ওইজরবসু (দাশি পুত্র) অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা সাধুপুরুষ খরবু সেবা তৌবগী তাঞ্জা ফংজরম্মী। চতুরমাসকী মনুংদা, সাধুশিং অদুনা চারম্বা প্রসাদি লেমহৌখাক পূম্নমক লৌজরগা মহাক পাপ্তুগী শেংদোক্লম্মী। অদুগী মতুংদা থম্মোয় শেংনা ধর্ম্মগী লম্বী থিরম্মী পামজবগা ইরোইননা। অদুগী মতুংদা থম্মোয় শেংদোক্লগা ধর্ম্মগী ওইবা নিয়ম কয়ামরুম ঙাক্লা চৎপা পামজরম্মী। সাধুশিং, নোংমগী শ্রীকৃষ্ণবু থাগৎলদুনা ঈশৈ ওইনা শক্লিবা পূম্নমক অদু মহাক্কী আত্মানা পূক্লিং চঙনা লৌশিঞ্জরম্মী। তাঙ্কক নাইনা শ্রীকৃষ্ণগী লিলাগী ৱারী কয়া তাজবা ফংজরম্মী অমসুং অসুম অসুম ইবুংঙোগী মায়কৈরোমদা চিংশিনখিরম্মী। পায়খৎলিবা থৌরমশিংগী পান্বেনা মহাক্কী থম্মোয়দগী রাজাস (কল্লক মীহৌবা) অমসুং তামাশা (অপঙবা জ্ঞান য়াওদবা) গী মচাক পূম্নমক পূম্মৎ মূৎখিরম্মী। সত-সঙ্গগী মতেংখক্তনা নারদ জগৎ পূম্বগী মপু ওইরবা ইবুংঙো মহাক্কী অচানবা মনাই মনিগুম্না মঙাল লৈরবা ওইরম্মী।

মথংদা প্রহ্লাদকী ৱারী লৈরে। মহাক মমাংগী মপোক্তা তমথিরবা মীনুংশি খঙদ্রবা শাদানবা ওইরম্মী। নোংমা মহাক শূক্লবা বন অমগী মনুংদা নুমিৎ তারমদাই ঙাঙ্রানবা মচুনা লৈতেংলবা তাঞ্জাদা শাদানবা চঙলম্মী। হায়রিবা বন অদু মহাক্কী ময়ূমদগী য়াম্না থাপ্না লৈবা

ওইরম্মী অমসুং মতম থেঙজিল্লক্লম্মী। নুমিৎ অদু মহাক চরা হেল্লম্মী অমসুং ঈশিং খুজোক অমা ফাওবা থক্লমদে। খম থেংনা মল্লম্মী মরম অদুনা অহিং অদু ৱাংলবা উপাল অমগী মথক্তা উশাদা কাখৎতুনা লেল্লম্মী। লাইবক ফরিবদি, নুমিৎ অদু লাইগী মরুওইবা নুমিৎ ওইরম্মী। ঈশ্বরনা অসুম্না তাকপী, "কনাগুম্বা মীশক অমনা একাদশি নত্রগা লাইগী নুমিৎতা চরা হেল্লবা, মহাক অদু ধর্ম্মগী মরমদা কান্নবা (পুন্য) ফংজগনি, মসি থুগায়দুনা মাঙহনবা য়াদবনি"। ধৈন্যনি, ধৈন্যনি! অঙকপনি! শাদানবা পাপ কয়া লংশিল্লবা মীশক্তুনা পুন্য ফংবা ঙম্বা অমসুং মথংগী মপোক ফংজবা। মমাগী গর্ভনুংদা লৈজরগসু নারদ মুনিনা বিষ্ণু নীংশিংবগী শক্তি চেল্লবা মহাক্না ইবুংঙো মহাক্কী নাম শোনবা মতমদা প্রহ্লাদ তারম্মী মরম অদুনা শ্রীমদ ভাগবত পুরানগী মনুংদা ভক্তিরাজ প্রহ্লাদ হায়না লংনা ঙাল্লিবা থৱাম্মিচাক ওইহল্লম্মী।

প্রহ্লাদনা অসুম্না হায়, "মশাগী পূক্লিং ৱাখল লাকশিনবা ঙমদ্রবা মীওইশিং অমসুং মশাগী ময়ূমদগী খল্লবা, মরী-মতা সংসারগী মায়াদা লূপ্লবা শোয়দনা মখোয় নরক্কী কোমনুংগী ঈরৈদা, মপোক কয়া হন্না হন্না তারগনি অমসুং সংসারগী ওইবা মায়াগী ভোগ চাদুনা লেনগনি, শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা লাম্বা ফংবা ঙম্লরোই, মহাক নাইতোম ওইরবসু নত্রগা মীয়াম হূপ্না শেমদোক শাদোকপা লাইনীং লম্বেলগা মরী লৈননা তৌগদবনি"।

"জীবগী অরোইবা পম্বুং অমসুং অথোইবা পান্দম শ্রীবিষ্ণুবু ঈরাংদা তাউদুনা লৈরবা নুংঙাইবতা পাম্বা মীওইশিং প্রমান অমা পীবা তারগদি মীত্তাঙবা মীনা অতোপ্পা মীত্তাঙবা অমবু লমজিংবগুম্বনি, মপাম্বোংগী অপাম্বনা থূমহৎলবা মীওইবা মখোয় কৈদৌনুংদা বিষ্ণু ফংবা ওইথোক্তে। বেদগী মনুংদা কর্ম্ম কাণ্ড অমসুং জনানা কাণ্ড অসুম্না পল্লি, অদুগুম্বা মীওইশিং ষল্লাবা ময়াম শাংলবা অমসুং কল্লবা থৌরীনা পুন্দুনা নাম্বোকপা নীংতম্বা ফংদবা অমসুং মচোই-মচোই তারবা তোঙানবা শরুকশিংনি"। "সংসার অসিদা লৈরিবা মীওইবা পূম্নমক, মশাগী হকচাং, পূক্লিং অমসুং আত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা মনাই ভক্ত অমগী খুয়াগী উফুলদা ওন্দুনা শেংদোক্লিমখৈ অদুগুম্বা অচানবা ভক্তশিং অদু নিশকিন্চানাসনি অৱাংবা থাক্তা পোকচরবসু, লন-থুমগী মতাংদা অমসুং মহৈগী থাক ওইজরবসু নাপল য়াওদ্রবা মীওই ফাওবা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী চরন থম্বালদা চঙজবা ফংবা ঙমদ্রিবনি। ইবুংঙো মহাক্না জগৎকী ফৎত্রবা তৌরিবা মীওইশিং মাঙহল্লি"।

শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না তাকপী, "ধর্ম্মগী ওইবা ঈশিং খুদিংমক শেংদোক্লবগী মগুন চেন্দে, নত্রগনা লৈপাক নত্রগা নূংনা শাবা মুর্ত্তিশিংখক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী মহুৎ শিল্লি, অমরোমদনা মীনা মতম শাংনা লাইনীং লম্বেলদা খোঙদারবা অমসুং মহাকপু লাৎচরবা মতুংদা মহাক

অশেংবা ধর্ম্ম চেনবা মী অমা ওইগনি অমসুং মখোয় উবমক্তা (মুর্ত্তিশিং অদু) মখোয়গী থম্মোয় শেংদোক্কনি"।

*বিঐইচ. সবেন/৫/৩০-৩২*

"নুমিৎ থোক্লকপা মতমদা অমম্বা মাঙখিবগুম, পৃথিবীগী লৈরিবা মায়াগী ফাজিনবগী শক্তি য়াওরবা লাংদগী শ্রীকৃষ্ণ ঐবু লুনা নীংজরিবা ভক্তশিংগী থৌজালগা লোয়ননা নাম্থোকপা ঙমগনি"।

*বিঐইচ. টেন/১০/১১*

শ্রীকৃষ্ণনা মখা তানা হা, "ঐতবু পূক্লিংদা লাৎচবা সাধুশিংগা লোয়নরগা ধর্ম্মগী ওইবা চৎন-পথাপ পূম্বা হায়বদি ঐগী শক্তি, ঐগী গুন, থবকশিং, মওং-মতৌ তাজরগা অরংবা মঙাল ফংবা ঙমগনি অমসুং ঐগী নাম নীংজরিবা অদুগী থম্মোয়দা, নাকোংদা মন্ত্রগী মশক ওইববা নামগী মগুন অকনবা থাজবগা লোয়ননা কথোক্লগা ফংবা ঙমগনি, অসুম অসুম নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্কনি"।

*বিঐইচ. থ্রী/২/৫/২২*

শ্রীদেবাহুতিনা হায়, "জ্ঞান য়াওদবা মীশিংনা সংসারগী ওইবা নুংঙাই ঈপাক্তা তাউদুনা লৈ অমসুং সংসারগী ফজবা পোৎশক খুদিংমক্তা মীৎয়েং থমদুনা লৈ, অদুগুম্বা মীৎয়েং অদু লাইনীং লম্বেলোমদা মায় ওনশিল্লবদি মথংগী মপোক্তা মহৈ ফংগনি, মদুনা অতৈ অপাম্বা খুদিংমক্তগী নাম্থোকপা ঙমগনি"।

*বিঐইচ. থ্রী/২৩/৫৫*

বসিস্তা মুনিনা অসুম্না হায়, "মতম খুদিংমক্তা সাধু পুরুষশিংগী নাক্তা চৎলু মখোয়না নঙোন্দা করিগুম্বা পাউতাক অমত্তা পীদবা ওইরগসু। মখোয়গা লোয়নরগা ইচম চম্না ব্বারী ফাওবা অফবা মঙ্গল ফংননবগীদমক্তা নঙোন্দা কান্নবা পীবদা মতেং ওইগনি"।

বিদুরনা হায়, "ঈশ্বর নীংবা ভক্তশিংবু সেবা তৌরবা, জয় তৌবা ঙমদ্রবা শ্রীভগবান মধুসুদন লাইনা জয় তৌবা ঙমগনি লোয়ননা মতম অমত্তদা প্রেম ফংলগনি অমসুং মায়াগী সংসারগী পোৎলম খুদিংমক লৌথোকপ্পগনি"।

ধ্রুবনা হায়, "হে! আনন্তদেব, ঐ নহাকপু খুরুমজরি, ঐগী ইবুংঙো, য়াম্না তোয়না নহাকপু নীংজবা মীশক, য়াম্না থম্মোয় শেংবা অমসুং পূম্নমক্তগী থোইরবা আত্মা চেনবা মীওইশিংগা চান্নরবা মরুপ ওইহনবগদ্রা, মদুনা মরম ওইদুনা অমম্বনা থল্লবা কিনিংঙাই ওইবা মায়াগী মহাসাগর লাইনা লাম্থোকপা ওইহনবিয়ু, নহাক্কী লাংওন কয়াগী লিলা অমসুং মদুগী

থুন্নবা লৈহী ইবুংঙোগী মতিক মঙানগী মরী লৈননা থকপা পীনবিয়ু"।

*বিঐইচ. ফোর/৯*

ভাগবত— "মথংগী মপোক্কী অকিবা ফাওবা অমসুং মদুগী হৌরকফম, মুর্খ ওইবা জ্ঞান, য়াওদবা পূন্নমক ঈশ্বর নীংবা ভক্ত পূন্নবু সেবা নুংশিনা তৌজরবদি লাইনা তূন্না ঙম্মী। ঈশিংদা ঈরাক্লরবা মীওইশিংদা শক্তি লৈরবা হি অমগী পাংখক ওইরবা লান্নবা পাম্বে অথোইবা ইবুংঙো মহাক্কি. ভগবানবু মশক খঙবা পূকচেল চাউরবা মীওইশিংনা পূক্লিংদা শান্তি ফংই, মখোয়না খম থেংনা লুরবা ঈরোন্নুংদা লূপগ্রবশিং অদুবু পুন্যধাম কংফালদা পুখৎপিরিবনি। অসিগুম্বা সংসার অসিদা পোক্কনি হায়বগী অকিবা ফাওরবা মীওইশিংবু সাধুশিংগী মতেংনা কোহনবা ঙমগনি। নুমিৎনা মপাম্মোংগী মীত্তা মঙাল পী, অমরোমদা ধর্ম্ম চেনবা মীশিংনা থম্মোয়গী মীত্তা মঙাল পী। মখোয় অদু কনাগুম্বা মীওই অমগী আত্মানি, নত্তেনে ইশামক্লি" হায়না ভগবান মশামক্লা তাকপী।

*বিঐইচ. এলবেন/২৬/৩১/৩৪*

অসুম তৌদুনা মায়না পুন্দুনা থম্বা মীওইবগী নাম্থোক্লবা পাম্বে সতসঙ্গখক্তনা পীবা ঙমই।

## ঈশ্বর ফংননবা লম্বেল

অশেংবা ঈশ্বরগী ভক্ত অমা ওইরবদি মহাক কল্লক মীহৌবদগী নীংতমগদবনি, করিগীনো নহাক্না নুপীশিংদা কল্লক মীৎয়েং য়েংলিবা মিত্তারিবা? মীওইবা খুদিংমক্কী মপুদি পূম্নমকপু শুমহৎপিরিবা শ্রীকৃষ্ণনি। আইন্না য়াদবা মওংদা নুপীশিংগী ইজ্জৎ খোঙ্গাওনরবা নোরোক্তা চৎনবগী মরুওইবা থোঙ্গাল হাংবনি। মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং হি অমগী পাংখর্ক্লি। মদুগী পাম্বৈনা পাক্লবা মহাসাগর লানগদৌরিবনি। অদু ওইরবদি মীওইবা ঐখোয়দা শিবা নত্রগা চণ্ডবগী ব্রাফমদা য়াম্না চেকশিন্না লান্নবা হোৎনবনা ঐখোয়গী খ্বাইদগী থোইরবা ইথৌনি অমসুং ঐখোয় ওমর খুভমগী তোর্ব্বান তানা হি অদু হোন্নবা হোৎনগদবনি। মহাক্না খণ্ডই মাধব হায়বসি পূম্নমক্কী লন ওইরিবা ইবুংঙোনি। মী খুদিংমক্না মশা মশাগী লৈজবা লন থুম পূম্বা ইবুংঙো মহাক্কী সেবাগীদমক্তা কৎনবা থৌরাং তৌগনি।

শ্রীরামানুজাচার্য্যগী থৌজাললনা, ধনুরদাস কৌবা মহাক্কী শিষ্য মশাগী নুপীদা খম থেংনা নুংহুঞ্জিন্না নুংশিজবা মীশক, মতৌ করম তৌদুনা শ্রীমদনমুহনগী নিংথিজরবা রুপতা মিৎয়েং থমদুনা কল্লকচখিবগে হায়বদু মখাদা উৎলি। আচার্য্যনা অসুম্না হায়রম্মী, “হে! ধনুরদাস, করিগীনো নহাক্না নহাক্কী নুপীগী ফজরবা শক্তমদা লূপ্তুনা লৈরিবা, মীওইবগী হকচাং মীকূপ খরদগী ওইবা তুম্বা নাইবা পোৎশক নত্তবরা? শ্রীমধুসুদনগী খুয়া থম্বালদা পূম্নমক্তগী থোইরবা ইবুংঙো মঙোন্দা নহাক্কী মীহৌজবা অদু পোক্লবদি, নহাক শোয়দনমক মূৎপা নাইরোইদবা মিংচৎ ফংগনি অমসুং নহাক্কী আত্মাগী মীৎয়েংনা ইবুংঙো মহাক্কী অবতারগী নিংথিজবা শক্তম

উবা ফংগনি মদুদা নহাক অপেনবা পোক্কনি। কয়াগী মতিক লাইবক ফবা ওইরবনো? য়েংউনে! ধনুরদাস বৈকুন্ঠগী ইবুংঙো মহাক্তো নিংথিজনা লৈতেংলবা দোলাই তোংদুনা লেঙথবীরক্কে। তশেংনমক নহাক পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি”।

ধনুরদাস শ্রীরঙ্গনাস্বামীগী মঙ্গলগী মশক ওইরবা মুর্ত্তি য়েংজরম্মী অমসুং মহাক্কী থম্মোয়দা ইবুংঙো মহাকপু উজবদা খম থেংনা হুরাউজরম্মী। মহাক্না মুর্ত্তি অদুবু সভাযাত্রা অমদা উজরুবনি। মমাংদা কয়ারক হুন্না সভাযত্রা কয়াদা উখিবা লৈরবসু, হন্দক্কী মতাং অসিগুমদুনা অসুক্কী মতিক চংখোল্লবা শক্তম, অরংবা মঙালগা লোয়নরবা মতৌ অমুক্তা উখিদ্রি। হান্নদগী হৌনা আচার্য্যনা মঙোন্দা থৌজালগী ঈরিক খীকপিদুনা অমৃতগা পাংখক ওইরবা ব্রাহ্মণগা লোয়নননা মহাক্কী মমীত্তা উহনবিবনি, অসুম তৌদুনা মপোক লাংওন অমগী ইবুংঙো মহাক্কী নিংথিজরবা শক্তম দর্শন পীবিবনি। মায়ানা কৃপশিন্দুনা মহাক্কী মমীৎ তাঙলম্বদু কৃপানা মহাক্কী আত্মা মমীৎ পাঙহনবগী, তশেং তশেংবা মুর্ত্তি উবা ফংজরম্মী। আচার্য্যগী চরন্দা দন্দবত শাংন তারদুনা, মমীৎতা পিগী ঈফুৎ ফাওবগা লোয়নননা শ্বর ফুনগৎলক্লম্মী অমসুং নোল্লুক্না খুরুমজরম্মী। “হে! প্রভু নহাক্কুম্বা চাউরবা থম্মোয় চেনবা কয়ানা শ্বর্গদগী সংসার অসিদা কুমথবিরক্তুনা, ঐগুম্বা জীব কয়াগী পাপ কোকপীনবগীদমক্তা অদুগুম্বা জীবশিং মশানা মশাবু শকখঙজদ্রবা অমসুং কাউথোকচরবা, ফত্রবা থবক কয়া পায়খত্তুনা মশা মশাদা চেল্লিবা শক্তি মাঙহঞ্জরিবা কয়াবু লানবিনবা অমসুং সংসারগী ওইবা মায়াগী ঈপাক্তগী কনবিনবা লেঙথবিরকপনি। অনেম্বা কাংলূপ হুম্বরবা শাগৈ জাত্তা পোকপা ওইরবসু, অয়ুক্তা থোরকপা নুমিৎকী মতৌগুম ঐহাক খ্বাইদগী লাইবক ফরবা হায়বদু ওইজরে, ঐঙোন্দা মপান নাইদ্রবা থৌজালগী ঈরিক খীকথবিরো, ঐবু নহাক্না, ইবুংঙো মহাকপু শকখঙবা ঙমজনবা হোৎনবদা কৃপাগী থৌরীনা চিংশিনবীয়ু অমসুং মঙ্গল পীনবিয়ু! ঐ অসে নহাক্কী থৌরম খুদিংমক্তা শীজিন্নবিয়ু”।

শ্রীরামানুজচার্য্যনা ধনুরদাস কৌবা মহাক্কী শিষ্যদা মতিক চারবা অশেংবা গুন কয়া হায়বদি খুয়াখাদা চঙজবা নোল্লুকপা মতৌ মরম চানা হংদুনা থিজিনবগী থবক অমসুং মপূং ফারবা সেবাগী নিয়ম লৈ হায়বা খঙহল্লম্মী। অসিগুম্বা গুন কয়ানা লৈতেংলবা ধনুরদাস অমসুং গুনশিং অদুগী মতেংনা খৃৎলাই ওইনা শীজিন্নরগা লোইবা নাইদ্রবা সংসার ঈপাক লান্নবা কৃপা ফংলদুনা অরোইবা পম্মুং ফংলম্মী অমসুং মহাক্কী আত্মা ঈশ্বরগী মফমদ ামতম পূম্বদা লেঙদনা লৈরগা সেবা ফংজখি। শ্রীরঘুনাথদাসকী মরমদনা করি ওইরবা মহাক অদু মথোৎ কারকপী মশক মতৌ, রাশি মগুনদা পূম্নমক্তগী থোইরবী নৈশাবী অমগা লুহোংখিবা

নত্তবরা? অদুবু মহাক হরিদাস ঠাকুরগী মুখদগী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মমিং তারদুনা রঘুনাথকী থম্মোয়দা ইবুংঙো মহাক্কী নিংথিরবা শক্তম উনিংবগী খৌরাংবা ব্রাখল অমা শাগৎলম্মী অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্কী নুপীগী ফজরবা শক্তমদা অপাম-নুংশিংগী ব্রাখল খৌশরক্তবা হৌরক্লম্মী। গৌরাঙ্গ প্রভুবু অমুক্তং উজবা ফংলবদি হায়বা ব্রাফম অমসুং খৌরাংবা অদু কোক্লবগী ব্রাখলনা মহাক মহাক্কী নিংথৌগী কোনুংগুম্নবা ময়ূম থাদোক্তুনা চেনখিরম্মী। মতম অদুদা গৌরাঙ্গ ইবুংঙো পুরীদা লৈরম্মী।

*রঘুনাথ, ইনাক খুল্লবা জমিন্দারগী নাইতোম পোকচবা মচা*
*অঙাং ওইরিঙৈদগী ভক্তিগী মরূ হুনখিরম্মী মহাক্কী থম্মোয়দা*
*ভক্ত অথোইবা শ্রীহরিদাস ঠাকুরগী নক্লা তিন্নবগী মহৈনা*
*মহাক্লা শোঙ্গরম্মী হরিনাম মুখদা হরাউনা*
*কোয়না চেল্লদুনা, খুবাক খুরদুনা অমসুং জগোই শারদুনা।*

*ভক্ত হরিদাসকা নক্লা তিন্নজরুবগী ফলনা*
*সংকৃতনগী মনুংদা কৃষ্ণনাম শোনবা তাজরুরগা*
*মহাক্কী থম্মোয়নুংদা অতৎ-অখম নাইদ্রবা অরংবা মঙালগী মৈরী*
*লোত্তুনা লৈরম্বা লনগৈনা ওৎতুনা নৈখায়রক্লম্মী*
*লাইনীং লম্বেলগী অচেৎপা ব্রাখলগা লোয়ননা*
*প্রেমরসকী মবুংঙো ওইরিবা মহাক্কী চরন-থম্বাল*
*মীকৃপ অমত্তংগী ওইনা উজবা ফংলবদি হায়বা ব্রাখলনা।*

*বসন্ত রিতুনা মহাক্কী থোৎ-নৌরবা শুমহৎয়াই পুরবা*
*ফিজোলগা লোয়ননা খোঙদারকপা*
*অকোয়বদা লৈরিবা মফম পুম্বা মহাক্কী থোৎ-নৌরবা মতৌনা ঈথক ঈপোম হৌরম্মী*
*হৈনৌ মপাল্লক্তা কোকিলনা উশা অমদগী অতোপ্পদা চোংলদুনা খোংলম্মী*
*শাৎকাইরবা লৈরাংলক্তা খোইমুনা কোয়না পাইরদুনা*
*ঙংলম্মী তাবদা নুংঙাইবা পোকহল্লম্মী।*
*রঘুগী থম্মোয়নুংদা ইবুংঙোনা মূনা য়েংলক্লম্মী নোংঙাল্লকপা তাঞ্জাদা।*

থৌশারক্রে রঘুনাথ সংসারগী নুংঙাইবা পুন্না
থম্মোয়নুংদা তেংথারম্মী ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল নিজরম্মী;
মহাক চেল্লম্মী ময়ুম থাদোক্লুনা হন্না হন্না প্রেমনা ঙাওরদুনা
ইবুংঙো মহাক্না খুল্লাম তোয়না কৌরকপা মরম্না উননবা থিজরম্মী,
অদুবু মমা-মপা অনীনা থিরুদুনা পুবক্লম্মী য়ুমদা থম্লম্মী শক্লিনা শেন্নদুনা।

নুপী হায়বা কাংলূপ ব্রাখল থেনবনা হৌন-লোনচং ওইবা
রঘুগী মমানা রঘুগী মপাদা হায়জরম্মী
মচাগী মখোঙ-মখূৎ য়োংহ্লিং থাং কৈশুমশঙদা থম্নবা।
অদুবু রঘুগী মপা খঙই মচা নিমাইগী থৌজাল ফংলে হায়বা।

করম্না পৃথিবীগী ওইবা মায়াগী পোৎশক্না মহাকপু পুন্দুনা থম্না ঙমগদগে?
লনগৈগী লোইবা নাইদ্রবা শক্তি অমসুং মদুনা পীবা খম থেংনা নুংঙাইবনবা
নত্রগা লাইগী মচামুক নিংথিজরবী মহাক্কী ভর্জা নহা ওইরিবীনরা
রঘুগী থম্মোয়বু পুম্নমক্তা ওলহনবা ঙম্লক্লুবদা
মহাক্না চৎলিবা লম্বেলদগী থিংবা ঙম্না থোইদোক হেন্দোকপা মায়া ফংগদ্রা
নিমাইগী থৌজাল জগৎকী মপু ওইরিবা মহাক্কী কৃপাগী মহৈবু?

অদুম ওইনমক রঘু শোলোনশিল্লবা কা মনুংদা থল্লম্মী
য়েংউনে মতাং অসিদা! মনুংদুমক্তা মহাক তারম্মী নুংশিরবা খোঞ্জেল অমনা কৌরকপা
'রঘু, খাঙবা কল্লু, মতম চানা নহাক কৃপাগী মঙ্গল ফংলগনি।
নিত্যানন্দনা হাংদোক্কনি নহাক্কীদমক, স্বর্গগী থোঙ
মতম অদুদা, নহাক থুনমক চেল্লক্কনি
ঐগী নাক্তা লেঙবা নাইরোইদৌবা মঙ্গলগীদমক্তা'।

রঘু থোঙনাউরোমদা য়েংথোক্লম্মী অঙকপা ফাউরদুনা
শংবান্নরবা অতিয়া মকোয়নুংদা কৃষ্ণনা মহাকপু কৌরক্লম্মী,
মহাক ইবুংঙো মহাক্কী মনাক্তা চেলশিল্লম্মী লাউরদুনা 'হে! ঐবু ঙাকপীরিবা'

তৌইগুম্বসুং য়োংকী রেলিংসতা থেংজিল্লম্মী অমসুং ৱাছুরম্মী তুরম্মী
য়ুমগী মী খুদিংমক চেনশিল্লক্লম্মী অমসুং য়েংনরম্মী খৌজাল হাপ্পিনবগী ঙাইজবা,

রঘু নুংঙাইবা ফাওজরম্মী মণ্ডলানগী মতৌগুম
ইবুংঙো মহাক্কী থম্মোয়নুংদা মূনা য়েংলকপা মতমদা রঘু পেঞ্জরম্মী
মহাক জ্ঞান লাকপগা লোয়ননা মমীৎ পাণ্ডথোক্লম্মী
মহাক্কী ভর্জানা অরোইবা ওইনা হায়জরম্মী মঙোন্দা পূম্নমক্না থাদোকখ্রবা মতুংদা।

য়েংউনে! রঘু হায়বসি কৃষ্ণগী ফজবা শক্তমতবু খৌরাংজবনি।
মহাক্কী থম্মোয় মহী চেনখিবনি অশংবা অতিয়া উবমক্তা থোঙনাউ ফাওদোক্লগা
মহাক অতিয়াতবু পামজরম্মী লোয়ননা মসিগা ৱারী শান্নরম্মী
মহাক নোক্লম্মী অমসুং কপ্লম্মী কনাগুম্বা অমগী থম্মোয় শোকহন্নবা
মহাক্কী ভর্জানা কিবা ফাওরম্মী মহাক্কী কঙাউনরবা মতৌ উরগা
অমসুং নুপী অদু মফম অদু থাদোক্তুনা খুদক্তা চৎখিরম্মী।

য়েংউ, নোংমা রঘু কা মনুংদা লৈবা উখিদ্রে,
নোংমা চুপ্পা শক্তিনা কোয়দুনা শঙলবসু,
কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা তেংবাংলমগনি
অদুবু কনানা অমসুং মতৌ করম্না হাযবা খঙখিদে
রঘু পুরী তানা চেল্লম্মী মবুংঙো উজবা ফংনবা শূক্লবা জঙ্গল কযা ফাওদুনা
চাগনি নত্রগা থক্কনি হায়বা কাউখ্রে মখূত্তা পাই অমা ফাওবা য়াওরমদে।

ইনাক খুল্লবা জমিন্দারগী অমত্তা পোকচবা মচা কৈদৌনুংদা খোঙনা চৎত্রিবা
বেঙ্গলদগী পুরী তান্না লমশাং লাকপদা মখোঙদা খোঙউপ উপ্তে।
শ্রীচৈতৈন্যনা পীবিরিবা খৌজাল মখল অদু মসিমক্নি
ইবুংঙো মহাকমক্না রূপ সনাতন নিংথৌগুম্নবা মতৌদগী মহাক্কী নাক্তা চিংশিনবীরম্মী
হায়রিবা মফম, শংবান্নরবা অতিয়াখাদা খ্বাংদা ফিজেৎ অমখক্তং লোয়নরগা।

*রঘু অরোইবা পন্থুংদা শ্রীচরন পুন্যগী মশক ওইরবা ফংজরম্মী*
*নোরোক্লা থল্লবা সংসার থাদোকপা ঙল্লম্মী মদুদগী নুংঙাইবা ফংজরম্মী।*
*ইবুংঙোনা থম্মোয় পেন্না চেৎনা কোনশিনবিরম্মী*
*অমসুং মহাকপু শ্বরুপ দামুদরগী মহুৎ শিনবা ওইনা থল্লম্মী*
*শ্বরুপকী রঘু হায়না মতমদুদগী মীয়াম্না খঙনরম্মী।*

চৈতন্য মহাপ্রভুনা অসুম্না তাকপী, "মহাক অদু পুন্য চেল্লবা মপোক ওইগনি মরোল তরামরিমক্তা হন্ন-হন্না মপেকা ওন্না পোক্লবা মীশক, মহাক অদু গুরু অমসুং কৃষ্ণগী মতেংদগী ভক্তিগী উরি ওইজবা ঙমগনি। গুরুগী থৌজালদগী শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংবা ঙমগনি অমসুং কৃষ্ণগী কৃপানা গুরুগী থৌজালবুসু ফংহনবা ঙমই। মালিগী শকত্ম লৌরগা ভক্ত অমনা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লাইনীং লম্বেল মরূ হুল্লি অমসুং ময়োল চোংই লোয়ননা ঈশিং খীক্লদুনা চাউখৎলকপা নাইগনি ইবুংঙো মহাক্কী নাম তাজরুরগা অমসুং শোঞ্জরবা মতুংদা সাধুশিংগা তিন্নজরগা মপূং ফানা ফংবা ঙমগনি। মতৌ অসুম তৌদুনা ময়োল চোংলবা উরি অদুনা মরোল তরামতি থুংনা কোয়গনি (the regions of time and space and cause and effect) ভিরাজা লানগনি (the river of the casual waters which is unperturbed by the triple qualities of Mayas and washes of mundane dross from the mid of jeva-souls) অমসুংক ব্রহ্মলোক (haloed region surrounding vaikuntha) হায়রিবা মফম অদুনা উরি অদুনা য়েৎপা য়াবা উপাল ফংলরোই অদুগী মতুংদা বৈকুন্ঠদা চঙলগনি মফম অদুদা শ্রীনরায়ন কৃষ্ণ মশামক অথোইবা শক্তি চেনবা ইবুংঙো, লক্ষ্মিনা সেবা তৌদুনা লৈরল্লগনি লাইয়ামগা লোয়ননা নোল্লুক্লা ইবুংঙোদা খুরুমজদুনা। অদুগী মতুংদা উরি অদু গোলুক বৃন্দাবন যৌরক্লগনি হায়রিবা মফম অসিদি শ্বাইদগী ৱাংলবা পুন্য ধামনি, উরি অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন-থম্বালদগী হৌনা য়েৎলগনি, উরি অদু পুন্য চেল্লবা, পামজরিবা খুদিংমকপু পীবা ঙম্বা ওইরগনি অমসুং লোইবা নাইদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম মহে ফংলগনি লাইনীংবী মালি অমা ওইনা"।

ভাগবতনা হায়, "নোংমা কাংদনা ঐগী ৱারী তাজরবা, ঐবু অথোইবা লাইনি খল্লবা সাধুশিংগা সঙ্গ তৌজরবা, পূক্লিংদা খম থেংনা থাজবগা লোয়ননা ঐবু শিংথাদুনা ঈশৈ শকচরবা, মত খেন্নবা কয়াদগী নিংতম্লবা অমসুং শান্তি ওইনা লৈরবা, মপাম্ভোংগী হকচাংনাঐ হায়বা শক তাক্লবা ৱাখল থাদোকপগী অপাম্বা লৈরবা, অচীকপা মফমদা লৈরগা আত্মাগা মরী নৈবা লাইরিকশিং চেকশিন্না পারবা, শ্বর হোনবা, পূক্লিং অমসুং ৱাখল লাকশিনবা

ঙন্নবা, মুনি কয়া অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিক্তা মপূং ফানা থাজবা থন্নবা, লেপ্পা নাইদনা, তোয়না কদাইদা করি অশোয়বা লৈবগে হায়না চেকশিন্না, লৈয়েংগা লোয়ননা ব্রা ঙাওবা চেকশিন্না, লৌশিংগী মৈরা চুখৎলগা ঈশ্বর মহাক কদাইদা লৈবগে খঙনবা হোৎনবা, নুংহনজিন্না ধ্যান তৌবা, অচেৎপা থম্মোয় চেনবনা খূৎলাই ওইরগা, হোৎনবা কনবা অমসুং য়াথং পীবা ঙম্বা অশিংবা মী অমনা ঐনা অথোইবনি হায়বা নাপলগী মায়খুম শেগায়বা ঙমগনি"।

*বিঐইচ. ভি৫/১১-ভিত*

শ্রীকৃষ্ণনা মখা তানা অসুম্না তাকপী, "ধর্ম্ম খুদিংমক, অফবা শরুক য়াওজরগসু ধর্ম্ম কৌবা য়াদে, হায়রিবা ধর্ম্ম অদুনা শ্রীকৃষ্ণ ইশামক্তা চঙজৌ হায়বা লম্বেল পীদ্রগদি। মতিক চানা শিংথাবা য়ারবা ধর্ম্ম লৈবা মীশক অমা হায়বসি য়াম্না চন্নবা লুরবা থম্মোয় পানবা অমসুং নোল্লুকপনা লৈতেং ওইবী সতি অমগী মতৌনি, মপূং ফানা নোল্লুকপগা লোয়ননা কখোল্লবা থাজবা য়ারবা ওইগদবনি"। অথোইবা ইবুংঙো মহাক্কী মমাংদা মশাদা ফি থোংদনাঅমকপা থম্মোয় য়াওদনা লেপকদবনি। ঐনা মহেল্লে হায়বগী ব্রাখল, নাপল, মশাগী লৌশিং, খুদক্কী ওইবা অপাম্বা, ফৈ নত্রগা ফত্তে খঙদনা লৌখৎলকপা থবকশিং অমসুং মীওইবগী পূক্রিংদা ফাউরিবা জাৎ ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়বগী খেন্নবা ব্রাখল পূম্নমক মপূং ফানা থাদোক্কদবনি অমসুং অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবা মীশক অদুবু লৌখৎপীরগনি লোয়ননা ইবুংঙো মহাক্কী লেপ্পা নাইদনা চেল্লবা থৌজালগী ঈচেল ফংজরগনি। অপাম্বা খুদিংমক থাদোক্লবা মতুংদা ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজরগনি অমসুং লাৎচরগনি।

## প্রেমরস করম্না ফংগনি

লাইনীংগে খল্লিবা মীশক অমনা প্রেমগী তাঙ্কক কয়া লৈরবা থাক কাবা পাল্লবদি কাদ্রিঙৈগী মমাংদা মখাগী পোইন্ট খরসি নীংশিংগদবনি। অহানবদা লোইবা নাইদবা কৃষ্ণগী মওং করম তৌবগে খঙবা তাবনি, কৃষ্ণগী নামগী মওং, করম্না কৃষ্ণগী মফমদা সেবা চৎচগদগে হায়বগী ব্রাফম অমসুং কৃষ্ণগী মনাই অমা ওইবা তারবদি লোইবা খন্বা নাইদনা নীংতম্বা তাবনি, মপূংফানা আত্মাগা মরী লৈনগদবনি। শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক্কী লৈফম, মহাক্কী ফিজেৎ লৈতেং খুদিংমক আত্মাগা তৎনবা নাইদনা মরী থমগদবনি অমসুং তাইবং মায়াগী লাংদগী নাম্থোক্কদবনি। ইবুংঙো মহাক্কী সেবা লাংবদা তাইবঙ লিলাগী ব্রাখল লৈরোইদৌবনি। ইবুংঙোগী আসন, কা, লৈকোল, বন কয়া, যমুনা তুরেল পূম্নমক আত্মাগা মরী থমগদবনি। অসুম তৌদুনা সনা লুপা লনথুম পূম্নমক্না শোকহনবা ঙমদবা ওইগদবনি। অসিগুম্লবা ব্রাখলশিং অসি অশেংবা লাইনীংবা অমগী থম্মোয়দা লেঙদনা লৈগদবনি। আত্মা সাধনগী ফল ওইনা মশানা মশাবু মশক খঙজবনি। পৃথিবী অসিগী মনুংদা লাইনীংবা ভক্ত অমনা নুংগী মীৎয়েংদা পোৎশক নত্তবা মতৌ উবা ঙমগনি। মসি ফংনবগী অহানবা থাক্তি মায়াগী লাংদগী নাম্থোকপা অমসুং খমথেংবা পল্থুংনা প্রেমনি। মীওইবগী আত্মানা নুপী শক্তম লৌবা পোৎশক ওইবা য়ারোই। মীওইবগী আত্মাগা শ্রীকৃষ্ণ অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি পোৎশক ওইবা নুপীগী মওং নত্তে অমসুং নুপাগী (Material form) পোৎশক্কী ওইবা মওংসু নত্তে।

নুংশি-নুংওলদা যূম্ফম ওইরগা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগী গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নবা লিলা

অসি তাইবঙ মীওইবগী নুপা অমসুং নুপীগী মরক্তা লৈনরিবা নুংশি-নুংওনগী ৱাফম নত্তে। শ্রীকৃষ্ণগী লিলা অসি শেমজিন শাজিনবা নত্তে অমসুং ৱাখল খন্থবা ওমদ্রবা কাংবুনা পুথোকপা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা হায়রম্মী, "গোপীদেহ ফংলবা মীওইশিং, ব্রজগোপীশিং পুন্যধাম শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈরিবা মখোয় আত্মাগী ওইবা শক্তম্নি, প্রেমনা পাম্বে ওইরগা ব্রজদা পোকখিরম্মী, অরোইবা ওইনা ঐঙোন্দা চঙজরগা সংসারগী ওইবা নুপী নুপা ওইবগী নুংশি-নুংওনগী মরীদগী নীংতম্বা ফংবা ওম্লম্মী মরমদি মখোয় শ্রীমতি রাধিকা, ঐগী নাক্তা মতম খুদিংমক্তা লেঙদনা লৈরিবী চান্নথোইরবী মহাক্তা তিন্নজদুনা ভাবনা শাগৎচরগা, গোকুলদা লৈরিবা ঐবু শকখঙবা ওম্মী, হায়রিবা মফম অসি তাইবঙ মীওই মপোক্কী কর্মগী ৱাংমদনি"।

অদুক্কী মতিক মতম শাংনা কনাগুম্বা অমগী থম্মোয় 'ঐনা পূম্নমক্তগী অথোইবনি' হায়বা ৱাখলনা মোৎহল্লিবমখৈ মহাক্কী ৱাখল অদু তাইবঙ মীওইবগী মনুংদা নুপী নুপা ওইবগী মরীদা কল্লক মীহৌনা থূক্নৎখিদুনা থারবা কুয়োম্না খঞ্জিন্দুনা মমহল্লিবমখৈ মশামক্কী অশেংবা শক্তম্বু অরানবা লমজিং মখাদা লান্না শক্তাকচবগা লোয়ননা 'ঐনা পূম্নমক্তগী মথোইরে' হায়বা ৱাখল লৈরিবমখৈ অমসুং য়াম্না হৈশিংনা নাপলগা লোয়ননা উথোক্লবা হোৎনরিবমখৈ মনুং মপাল ফাওনা উবা ওম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লূরবা প্রেমগী ঈরোম্নুংদা মপূং ফানা চঙজবা ফংবগী ওইথোকপা লৈরোই। তঙাইফদনা চঙদবা য়াদবা মচাক খরা লৈ মদুদি মহাক অদু তাইবঙ মীওইবা খুদিংমক্কী নুপা অমসুং নুপী হৌন-লোনচৎ নুংশি-নুংওনগী ৱাখল মপূং ফানা নাথৈরগা থমগনি মাংজৌননা, মহাক অদু নুপা নত্রগা নুপী ওইবা য়াই, শ্রীবাধা কৃষ্ণগী প্রেমরস অদুখক্তদা ফংবা ওমগনি। শ্রীকৃষ্ণবু খম থেংনা নুংশিবগী ৱাখল, গোপীভাব লৌরগা আত্মানুংদা শাগৎলবা মতুং মশানা তানা ফংবা ওমগনি। পূক্নিংগী ঈথক ঈপোম ভাবকী লমদম য়ৌবা ওম্নবা আত্মানা য়াঙনা পাইরগনি মসিনা পূম্নমক্তগী অথোইর্বনি হায়বা ৱাখল পরিং শাগৎচগনি। মীওইবগী হকচাং অমসুং শীজিন্নরিবা ৱাহে খুদিংমক্তা অথিংবা থম্লবা ধর্ম্মগী নিতি নিয়ম শাজেল কয়া ওাক্লা চৎলবা মতমদা রাগাত্মিকা ভাবকী মতেংনা ব্রজ ভাবকী ৱাখল অশেংবা গোপীশিংগী সিদ্ধদেহগা তিন্নজবা ফংবগী ৱাখল পোক্লক্কনি লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ ফংগনি। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা রাগানুগা ভক্তিগী খৌরাংবা লৈরবা, মহাক্কী (সাধনা-স্টেজ) লাইনীংবগী থাক লাক্কনি, মহাক মশামক মহাক্কী থম্মোয়নুংদা লেঙদ্রবা ধর্ম্ম থাজবগী ৱাখল লৈরে খঙগনি, নুপীনি হায়বা ৱাখল ভাব তাবগা লোয়ননা, তোপতোপ্পা মখল স্টায়ি ভাবা মাধুরা-রতিদগী ফংবগা লোয়ননা মীনাই নুপী লেঙদনা লৈরগদবা ওইবা ওমগনি। নুপীনি হায়না খল্লিবা ৱাখল্লোন নুংগী আত্মাগী ৱাফম্নি, মপাম্ছোংগী মীওই মপোক্তা লৈরিবা নুপা অমসুং নুপীগী

*লৈনরিবা মরীদগী তোঙানবনি।* শ্রীজিন্নরিবা লোন অমসুং খোম্লোক মান্নজরগসু তোঙানবা ৱাফম অমনি। গৌড়িয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মনুংদা মাধুরা রতি হায়বসি শ্বাইদগী থাক ৱাংবা প্রেমগী ৱাফম্নি। রাগানুগা ভক্তিগী থাক্তা লৈববা কনাগুম্বা মীওই অমগী আত্মাদা রাগাত্মিকা ভক্তিগী ৱাখল পোক্লকনি অমসুং মশামকপু মনাইনুপীনি খল্লগনি, মমিং মঞ্জুরি হায়না থোল্লগনি, রুপা-মঞ্জুরি অমসুং রতি-মঞ্জুরিনা তৌবা সেবাবিধিগী লমজিং মখাদা অমসুং অতোপ্পা সখিশিং হায়বদি শ্রীললিতা, বীশাখা, চিত্রা ইন্দুরেখা, চম্পাকালতা, বঙ্গদেবী, তুঙ্গবিদ্যা সুদেবী-সখি নিপাল, শ্রীমতি রাধাগা তৎন-থানদনা লোয়নরিবীশিংগী চরন্দা চঙজগনি মরমদি মখোয় শ্রীকৃষ্ণগী নীংবা থুংনবগীদমক্তা সেবা ফংজরিবীশিংনি। হায়রিবা সখিশিং অসি, ইবুংঙো মহাক্কী নীংবা থুংনবগীদমক্তা পাঙথোক্লিবা সেবাদা মশা কখোক্লবা ঙাক্তনি। ব্রজ গোপীশিংনা মীকপ থোকহন্দুনা মহাক্কী আত্মানুংদা (নুপা নত্রগা নুপী) বাগ (attachment) পোক্লগনি অমসুং মহাক অদু মঞ্জুরি কৌগনি। সংসারগী ওইবা মপাম্লোংগী হকচাংনা ইবুংঙো মহাক্কী চরন ফংবা কৈদৌনুংদা ঙম্লোই, ইবুংঙোগী লিলা কয়াদা শরুক য়াবা ফংবগী ৱাফম শুক্রে লৈররোই। গোপী ভাব থম্মোয়নুংদা চেৎনা কোল্লগা, আত্মাগী ওইবা সিদ্ধ দেহ (enternal body of pure chit) অসুম অসুম চাউখৎলকপা নাইগনি। ধর্ম্মগী ওইবা হকচাংনা গোপীরুপ লৌরগা, হেন্না চূশিন্নবা মমিংনা মঞ্জুরি কৌগনি, তোপ-তোপ্পা মমিং অমা লৈগনি, মহাক্কী ৱাখল্লোন, মহাক্কী শক্তম অমসুং অমসুং চংখোল্লবা মতৌ পূক্লিংদা শাগৎকনি, মহাক্কী চহী মতাং, মহাক্কী লিচৎ-শাজৎ, মহাক্কী নক্লজবা সেবা-বিধি মহাক্কী কুঞ্জ (grove), মহাক্লা যুগলরুকপী সেবা লাংজবা পূম্নমক থোইদোক হেন্দোকপা ভাব মখল মধ্য অমসুং খিরা-মধ্য হায়না তাক্কক নাইগনি অমসুং নায়িকাগী রুপতা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা লাংগনি। মশামকপু সিদ্ধ-দেহনি খঞ্জরগা, মীওই অদুনা থম্মোয়নুংদা রাগনুগা ভক্তি চেৎনা কোল্লগনি, মহাক মশামক্তু শ্রীরুপ মঞ্জুরিগী চান্নরবী মনাইনি খঞ্জরগা, রুপমঞ্জুরি করিনো হায়না শিংথারবদি 'রুপ' রাধাগী নিংথিজরবা শক্তম্নি, অসিগুম্লবা ইবেম্মগী ফজরবা গুন অসিগী মতেংনা জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণ পুথোরক্কদৌরিবনি। শ্রীরুপমঞ্জুরিনা মহাক্কী চান্নরবা মনাইনুপী ওইরিবা মী অদু লমজিংবিদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা লাংবদা শরুক য়াবা ফংজগদৌরিবনি অমসুং যুগলরুপতা চঙজবা ঙমগদৌরিবনি। *কনাগুম্বা মীশক অমনা সাধনা ভক্তি অসি মহাক্কী আত্মানা চয়েৎনবা* তৌদনা ধর্ম্মগী ওইবা ঙাক্তবা য়াদবা নিতি কয়া নৈনরকপগী থাক য়ৌরকপদা, মহাক মখল কয়াগী হকচিল্লবা আত্মাগী চাংয়েং তৌবা তাই অমসুং নিয়ম ঙাক্তনা মশানা নম্ফুদা তৌনিংবতা তৌবা য়ারোই অদুনা মহাক রাগাত্মিকা-ভক্তিগী মখা পোন্না রাগানুগা-সাধনা-ভক্তি শাগৎচনবা

অকনবা খৌরাংবা পোক্তি ফাওবা হোৎনবা তাই হায়বা ৱাফম ফজনা ভাব তাফম থোকই। মীওই অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী কৃপা ফংলবা মতমদা, লোয়ননা থম্মোয়নুংদা মহাক সংসার অনীদা মতম অমত্তদা লৈরে হায়বগী খমথেংনা খৌরাংবা পোক্লকনি মশাগী হকচাং অসিগুম্বা সংসার অসিদা লৈরে হায়বা অমসুং অতোপ্পা পুন্সি মরেল অমা (আত্মাগী ওইবা) ধর্ম্মগী নিয়ম কয়া ঙাকপগা লোয়ননা ঈশ্বরগী নাম তাজরগনি, মহাক্কী মহিমাগী মরমদা সর্ব্বন তৌজরগনি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংদগী অমসুং সাধুশিংগী মুখদগী। মহাক্কী আত্মানা খোঙদারিবা, ধর্ম্মগী লমদম, সংসারদা লৈরিবা পুন্সি মরেলগা চাউনা খেন্নবা ওইগনি মরমদি মহাক মনাই নুপীগী মগুন চেল্লবা ওইবদগীনি। অসিগুম্বা মনাইনুপীনি হায়বগী ৱাখল চেল্লবা মীশক নুপা নত্রগা নুপী সংসারগী ওইবা মপাম্থেথাংগী হকচাংগা মরী থল্লোইদবনি। করি করিগুম্বা মতমদা অসুম্না থোকই হায়বসি খঙই মদুদি কনাগুম্বা মীওই ধর্ম্মগী নিয়মগী ৱাংমদা ওন্ন-তৈনবা ৱাখল চেনবা মীওইশিংনা লান্না অমসুং পঙনা রাগানুগা ভক্তিগী মমিংদা থবক পায়খৎলি। মশামক গোপীদেহনি হায়না লৌজরবা মীশক অমনা মপাম্থোংগী ওইবা সংসার হকচাংগা মরী লৈনবা ৱাফমদা অকনবা নিয়ম ঙাক্লা চৎকনি, অদুবু কনাগুম্বা মীশক অমনা নুপীগী ফিজোল শেত্তুনা, লমচৎ শাজৎতা মতৌ তমদুনা চত্থরবদি, মহাক ওন্ন-তৈনবা লমচৎ চৎলবা মীওইনিহায়না লৌগনি অমসুং মহাক অদুবু তুক্কচবা য়ারবা মীশক্তি খনগনি। সংসারগী ওইবা মপাম্থোংগী হকচাংগা মরী লৈনবা ৱাফম য়াম্না থাপ্না নাথৈরগা থমগনি। অচেৎপা রাগানুগা-ভক্তিগী ৱাখল ফাওরকপা, ঈশ্বর মহাক্কী খৌজালনা ওইহনবনি। মপাম্থোংগী সংসারনা লাইনা ঈশ্বর ফংবা ওইথোক্তে। লান্না মতৌ তম্বগী ৱাফম ঐখোয় য়াম্না কন্না চেকশিনগদবা ওই।

অথোইবা ওইরবা লাইনীংবা অমনা ঈশ্বর মহাকপু নুংশিবা অমসুং মঙোন্দা থাজবা থম্বা কাউফম থোক্তে। মফম খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী শক্তম উগনি, তারিবা খোঞ্জেল পূম্বা মহাক্কীনি লৌগনি অমসুং ৱাখলদা মহাক্তগা লোয়নদুনা লৈ খনগনি। সংসার অসি চৎলিব্রা নত্রগা লেঙদনা লৈরিব্রা হায়বা ৱাফম মঙোন্দা করিসু লৈতনা লৌই। মহাক্তা মরী থম্লিবদি ঈশ্বর মহাক্তগনি। শ্রীকৃষ্ণগী মনাই চান্নরবা ভক্তশিং উনবা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মরমদা ৱারী শাগনি শ্বর থিঙ্কৎপগা লোয়ননা মমীত্তগী মপি শিঙ্গুগনি, নুংঙাইবগী তুজুংবা ফাওগনি মরমদি মখোয় অমোৎপা য়াওদ্রবা শেংলবা থম্মোয়শিংনি।

## ধর্ম্ম অমসুং চিঞ্জাক

মুন্দাকা উপনিষদনা হায় নায়ামাত্মা বালাহিনেনা লাভ্যা (Labha)। মশাদা ধর্ম্মগী ওইবা থৌনা য়াওদ্রগদি মশামক্কী আত্মাবু মশক খঙবা অমসুং লাকশিনবা ঙম্লোই। ঐখোয় ভারতকী ওইবা ধর্ম্মগা মরী লৈননা ফোঙবা চেফোঙশিংদা থেংনৈ মদুদি মশাশোনবা মীশিংনা আত্মাদা চঙজবা ঙম্লোই হায়না লান্না অর্থ হনবা কয়া অমা। কনাগুম্বা মীশক অমগী মশা মউ ফন, তেক্ত-কায়দনা, নোয় পেন্না অমসুং পাঙ্গল ফন থমগে হায়রবদি ঈ অমসুং শাদোং চাগদবনি হায়না মখোয়না পাউতাক পী অমসুং তঙাইফদনা পোৎলমশিং অসি চঙই হায়। অসিগুম্বা মখলগী ৱাখল্লোন অসি ঐখোয়না কন্না য়ানিংদে মরমদি মসি হিংচা-য়াইতম্বগী শাজৎ মহাভারত অমসুং রামায়নগুম্বগী ৱাবীদা থেংনরিবা ৱাক্ষাসাসকুম্না হরাউ কুম্মৈ অকে-অমৌদা তাউবা সংসার মখল অমগীনি হায়নিংই। মখোয়না মুনি ঋষি কয়াগী লাইনীং লাইশোন্দা মায়া থাজিন্দুনা অকায়বা যজ্ঞনচিংবদা অপনবা থোকহনখিরম্মী। রাশিয়াগী অফাওবা দর্শন শাস্ত্র মশক নিংথিজবা খঙলবা Tolstoy না শন্দোক্লা হায়রম্মী, "শাহাৎশঙদা শশশিংবু মীনুংশি খঙদনা হাৎপা চাওখত্তবা শান্তিং চাবা মতৌনি"। তশেংনমক, মহাক শা চাববু পাপ তৌবনি হায়না লৌরম্মী। Holy Bible দা মসি থিংদ্রগসু 'Thou shall not kill' মীওইবগী ৱাফম পল্লগা হায়বনি তৌইগুম্বসুং শাশিংগীদমক্তা নত্তে। যিশু খৃষ্ট ঙা চারম্মী, শা চাবগী ৱাফম ওইথোকপা লৈরম্মী। মহাক্কী ধর্ম্ম চৎলিবা মীওইশিংদা শা চাবা থাদোক্কদবনি হায়বা ৱাফম পল্লমদে। য়ু থকপা ফাওবা মহাক হুন্দুনা ঙাঙলমদে, য়ু থকপনা অচুম অরান

খন্থনবগী ব্রাখল মাঙহল্লবসু।

The seventh Dya Adventists, Evangelical Protestant শিংগী শোক ১৮৬৩ দা আমেরিকাগী Battle Creek, Michigan State কী মনুংদা লৈরিবা মফমদা লিংখৎখিরম্মী। কাংলূপ অসিনা অসুম্না থাজে God না Adam and Eve তা উহৈ, মরূ-মরাং, হৱাই মরূ অমসুং মনা-মশিং চাও হায়রম্মী, "বাইবলদা অসুম্না পল্লি মীশিংনা মনা-মশীংনা মনা-মশিং চাবা (vegetarian) ওইনা মতম শাংনা লৈরম্মী চাউরবা ঈচাউ থোক্লিওঁগী মমাং ফাওবা। ঈশিংনা ময়েং তাপ্লবা মতমদা মীওইবনা চাননবা চিঙ্গাক করিগুম্বা অমত্তা ফংদ্রে শাশিং নত্তনা পাকখ্রবা Noah's Ark তা"। য়াম্না ওল্লিঙৈগী মতমদগী হৌনা গ্রীক অমসুং রোমানগী মীশিংনা মনা-মশিং চারম্মী। খৃষ্টগী মমাঙ তরুকশুবা শাতব্দিদা Pythagoras কৌবা দর্শন শাস্ত্র নিংখিনা খঙলবা গ্রীক মচা অদুবু মনা-মশিং চাবগী ঈহৌ হৌদোকুম্বা মীনি হায়না শিংথাই অমসুং নোংচুপ লৈবাকশিংনা ঙসি ফাওবদা মহাকপু পোরোহিতনি হায়না লৌই। Plato, Socrates, Diogenes, Plutarch অমসুং Cicero মনা-মশিং চাবা মীশিংনি। থায়নগী চৎনা পথাপ লৈখা তাখিবগা ঈরোইননা মনা-মশিং চাবগী ব্রাফম মাঙখিরম্মী। রোমান কেথোলিক চর্চকী কাংবু খর নত্তনা, মরুওইনা ঙসি ফাওবদা লেঙদনা লৈরিবা Trapists কাংবু নত্তনা। হৌজিক মতমগী মনা-মশিং চাবগী ঈহৌ ইংলেন্দগী Manchester দা তরামাথোইশুবা শতাব্দিদা শাগৎখিরম্মী শোক ১৮০৯ অমসুং শোক ১৮১৭ তা আমেরিকাদা শন্দোরক্লম্মী। (The Los Angeles Times' Charles Hillinger (Sunday Standard 21.11.71)। পৃথিবীগী অফাওবা দ্রমা ইবা জর্জ্জ বার্নার্ড শো ভেজিটরিয়ান অমা ওইরম্মী অমসুং এ. পি. জে. অব্দুল কলাম, ভারতকী মিশাইলগী মপা হায়না খঙনরিবা লৈবাক অসিগী প্রসিডেন্ট ওইবিরম্বা হৌজিক্লা পোখাপ্লবা মশামক ভেজিটরিয়ান অমনি।

লন্দনদা ফোঙবা Occult Gazatte তা John Sverell না অসুম্না পল্লি, "অকনবা নিয়ম ঙাক্লা অফবা অমসুং অশেংবা উহৈগী চিঙ্গাক, চাং চানা কান্না কান্ননা চাগদবনি, মদুবু মতেং পাংবা ওইনা নাপী-শীংনাগী মহী অমসুং ঈশিং শীজিন্নগনি, মসিখক্তংনা মপূং ফারবা জ্ঞান ফংননবা পান্থে পূক্নিং লৌশিং চাওখৎপা পীবা ওম্বা মতিক চারবা ফল লৈরবা পোৎশক্লি"।

Dr. Barbara Moore না হায়, "ঐনা ডাক্তর ওইরকপা মতমদা ঐ খঙলম্মী মদুদি, হকচাংগা মরী লৈননা হায়রবদা শা-ঙা চাবা শাথিনা লাল্লি"।

হৌজিক মতমগী পৃথিবীদা মীওইবা ঐখোয়গী য়াম্না মকওইবা তংন-থানা য়াদনা লৈনরিবা ৱাফমদি হকচাং ফনা লৈনবা তঙাই ফদনা চঙবা চিঞ্জাক্কী মতাংদনি মরমদি হৌজিক্কী সমাজদা অরু-অরুবা ৱাফম কয়ামরুম নোংম-নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি। হকচাং ফনা হিংনবা অমসুং শেল থুমগী ৱাফম্না মরম ওইরগা পৃথিবীগী মফম খুদিংদা হিংলিবা মীওইবনা মনা-মশিং চারগা হিংবনা অরু-অরুবা সমস্যা কয়া মায় পাক্লা লোইশিনবদা মতেং পাংবা ঙমগনি খল্লি। "অষ্ট্রেলিয়াখক্তদা মী মিলিয়ন অমগা মখায়রোম মনা-মশিং চাদুনা হিংলি"। মরী লৈননা পৃথিবীগী লৈবাক কয়ামরুমদা থিজিনবগী থবক চত্থরি। ৱাফম অসিমদি শোয়দ্রে হায়না লৌবা য়ারে মীওইবগী পুন্সি খোঙজেলদা শা চাবা, য়ু থকপা অমসুং চুরুট থকপনা শাথিনা মাঙহল্লি হায়না ডাক্তরশিংনা মীয়ামদা তৌদনবা পাউতাক পীরি।

শা চাবনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী মহৌশাগী খল কায়হল্লি (environmental damage)। "শদুম পাউণ্ড অমা পুথোকপদা মফম খুদিংমক্তা ঈশিং গেল্লোন ২,৫০০ দগী ৬,০০০ দরকার লৈ। শক ১৯৭৩ দা নিউ য়োর্ক পোষ্টনা থেংনখিরম্মী মদুদি য়েন হাৎননবা লৈবা প্লান্ট অমদা নোংমদা ঈশিং গেল্লোন মিল্লিয়ন ১০০ শীজিন্নবা।" হায়রিবা ঈশিংগী চাং অসিনা মী ২৫.০০০ লৈবা সহর অমা শীজিন্নবা কোন্নগনি। অদু ওইরবদি ঐখোয় হৌজিক করি থৌরাং লৌখৎপা তাব্রা?

*বি. কে. বোই চৌধুরী, কলকত্তা*

গৌতম বুদ্ধনা শা হাৎপা থিংলম্মী তৌইগুম্বসুং চাবদি থিংলমদে। ভাগবতকী তরাশুবা খণ্ডদা অসুম্না লাউরি, "পূক্লিং লাকশিনবা ঙমদ্রবা মীশিংনা মীনুংশি য়াওদনা শাশিং হাৎলি, মখোয়না অসুম্না খল্লি প্রমান ওইনা মীওইবগী হকচাং অহল ওইরকপা অমসুং শিবগী মায়োক্তা লৈবনা তুম্না মাঙখিগনি, মদুমক্তদা অপঙবা মীওইবনা শাশিংবু হাৎলি, মখোয় শিরবা মতুংদা তিল-কাঙ, মনম নমথিরবা পোৎশক নত্রগা উৎ ওইনা পোক্লকনি। মী অমনা হিংসাগী থবক্তা মবুক্লিং থিংজিল্লবদি মদুগী ফলনা মহাক নরক্তা তারোইদ্রা থবায় পানবা জীবশিংগী মায়োক্তা মশাগী কান্ননবগীদমক্তা খন্দুনা থবক তৌরবদি?"

গীতাগী ১০/৭/১০ অসুম্না পল্লি, চামেদ্যাম ভোজনম তামাশাপ্রয়ম, অমেধ্যাম— মদুদি শদোংনি অমসুং ঈনি অমসুং অমাংবা পোৎশকশিং তিলহৌ, চনম, ঙা অমসুং ময়াই কাবা চিঞ্জাকশিং য়ু, মৈখু, চা, কোফী, গঞ্জা, কানি অসিনচিংবা পোৎশক খুদিংমক ইথক-ইরাংদা তাউবা মীওইশিংগী চিঞ্জাক্লি। চন্দোগ উপনিষদনা অসুম্না হায়, "অশেংবা চিঞ্জাক (শা-ঙা ময়াই কাবা চিঞ্জাক নত্তবা/চাবনা থম্মোয়বু শেংদোকই অমসুং থম্মোয়

অদুনা মপূং ফারবা মোৎত্রবা ওইরবা মতমদা ৱাখল খন্দুনা পূক্লিং থিংজিনবা (ধ্যান) ওমহল্লি। ধর্ম্ম চেল্লবা লাইনীংবা মীশক অমনা হোটেলদগী, দুকান্দগী নত্রগা লাইনীংদবা মীনা শেম্বা চিঞ্জাক অমোৎ অকায় খূদিং শেংদবা চিঞ্জাক ওাক্তনি। লাইদা কত্তবা নত্রগা ধর্ম্ম চেন্দবা মীনা শেম্বা চিঞ্জাক লৌফদে।

# ধর্ম্ম অমসুং রাজনিতি

**অফাওবা দর্শনিকশিংগী মীৎয়েংঃ**

"কংগ্রেস পার্টিনা শাসনগী চুপ্পি পায়রকপা মতুং পনবা তৌদনা হিন্দুশিংগী থায়নদগী লৈরক্লবা চৎন-পথাপ, অপূনবা শক্তম অমসুং সমাজগী ওইবা থৌরম কয়াদা হিন্দু ধর্ম্মবু য়ানিংদবা উত্তুনা (এন্টি হিন্দু লো) কয়ামরুম শেল্লম্মী। কংগ্রেসকী লুচিংবা কয়ামরুম লৈজরবসু মহাত্মা গান্ধি, জবাহরলাল নেহরু, সরদার পতেলনচিংবনা অসুম্না লৌরম্মী হিন্দুগী নাৎকী ওইবা চৎন-পথাপশিং অসি খ্বাইদগী ৱাংবা মখলগীনি অমসুং পূকচেল চাউবা উৎপা ঙম্বা পৃথিবীগী খ্বাইদগী থোইরবা ধর্ম্ম মখলনি হায়দুনা শিংথারম্মী অমসুং ধর্ম্ম অসিনা হৌজিক মতমগী পৃথিবীদা লৈরিবা সভ্যতাদা শান্তি, লমচৎ-শাজৎ, চাউখৎ খোঙথাংদা চাউনা মতেং পীবা ঙম্বনি হায়না মত পীরম্মী। অদুবু মখোয়না হিন্দুশিংগী থায়নদগী লৈরক্লবা মরুওইবা হিন্দু কোড (হিন্দুশিংগীতা ওইবা আইন) কয়া শেমদোক্লুনা অমসুং চাউনা অহোংবা পুরক্লবা হোৎনদুনা সমাজগী শক্তমদা শাথিরবা চৈফ্‌ নংলম্মী। সমাজগী চাউখৎ খোঙথাং পুরক্লবগী মমিংদা হিন্দুশিংগী চৎন-পথাপ আইনশিং ওন্ন-তৈনবা মওংদা শেমদোক-শান্দোক্লম্মী, অমরোমদনা মুসলিমশিং অমসুং খৃষ্টিয়ানশিংগী ওইবা ধর্ম্মগী আইনশিংদি খজিক্তা ফাওবা শোক্লুদে অমসুং হোংদোক্তে মরমদি লুচিংবশিং অসিনা খল্লি মদুদি মখোয় ধর্ম্মগী লমদা মীশিং য়ামদবা কাংলূপনি হায়না লৌই"।

*হিন্দু আউটলুক পি. ভি. ১, নিত্য নরায়ন বেনর্জী*

শ্রীঔরবিন্দনা হায়রম্মী, "মসি ধর্ম্মগীদমক্তনি অমসুং ধর্ম্ম অসিনা ভারত চাউখৎপা নাইগনি। ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্ম হায়না খঙনরিবা ধর্ম্ম মতম পূম্বদা লোইবা নাইদনা হিংদুনা লৈগনি মরমদি মসি জগৎ পূম্বগী ওইবা অতোপ্পা মীওইশিংবু কোনশিনবা ঙম্বা মখলনি। অসিগুম্বা হিন্দু জাতি অসি সনাতন ধর্ম্মগা লোয়নদুনা লাক্লি, মসি হৌজিক লেপ্তুনা চৎলি অমসুং সনাতন ধর্ম্ম অহিংবা পাম্বী ওইনা হৌদুনা লৈরি, মসি ঐখোয়না লৈবাক্কী ওইবা অপূনবা শক্তম ঙাকপা কৌই"।

মতম অমদা ভারতবাসিশিংগী থম্মোয়দা অসুম্না ফাওরম্মী থাউ য়াওদ্রবা থাউমৈ ঙানবা য়াবা হৌনদে। মতৌ অদুগুমদুনা মীওইবনা ধর্ম্ম য়াওদনা হিংবা ঙম্লোই। মসিমক্তি ভারবাসিশিংগী পুক্সিনি। অদুবু ঙসিদি ভারতমচা অমা ওইবগী লুনা খম্বুবা ঙম্বগী শক্তি অদু মাঙখিরম্মী মরমদি মফম অসিগী মীপূম খদিংমক রাজনিতিগী খূবাম্লুংদা তিল্লম্মী। Max Muller কৌবা জর্ম্মনি মচা অফাওবা সংস্কৃত পণ্ডিতনা অসুম্না হায়, "করম্বা অতিয়াগী মখাদা মীওইবগী পূক্লিং চাওখৎপা নাইনা মপূং ফানা হিংবা ঙমগদগে হায়না হংলবদি, মদুগী মখাদা খ্বাইদগী পাম্বা মহৈ ফংগদগে হংবা তারবদি মীওইবগী পুক্সিদা চাউর-চাউরবা অরুবা সমস্যা কয়াম লৈরবগে হায়না লুনা খন্থবা তারগদি, পূম্নমক অদু কোকননবা পাশ্বৈ খরা ফংবা ঙম্নবা Plato অমসুং Kant কী মরমদা নৈনবা মীওইশিংদা মীৎয়েং থম্বা মতিক চাবা লৌখৎপা য়াবা ব্রাফম ওইগনি অদুবু ঐবু খল্লু অমসুং খুদোম্বী থিল্লু হায়রবদি ভারতনি"।

অফাওবা ইতিহাসকাব Mr. Vincent Smith না পল্লি, "ভারত হায়বা লৈবাক অসি চিংননিংঙাই য়াওদবা মপূং ফানা মরা তারবা অপূনবগী শক্তম লৈজৈ, ভুগোলিক অবস্থানা তোঙান তোঙান খায়দোক্লরসু নত্রগা রাজনিতিগী হীরমদা অথোইবা শক্তিগী মপু ওইজরগসু, অপূনবা লিচিংগী শক্তম হেন্না হেন্না মরা চেৎহল্লি। মশিং লাকশিনবা ঙমদনা খেন্নবনা থল্লবা হায়বদি হৌরকফম ঈ, কুচু-কুমেন, লোল, ফিজেৎ, লমচৎ-শাজৎ অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা কাংলূপ মচা কয়া লৈদুনসু অপূনবা শক্তম অদুম ওইনমক কায়দনা চখরক্লি"।

মীওইবা খুদিংমক মপাম্থোংগী ওইবা পোৎলম লন-থুম, কাংলূপ, মজাতি, স্টেট অমসুং সমাজগী লুরবা কোমনুং য়ৌনা চোংথরম্মী। মীওইবা ঐখোয় পোৎ-চৈগী ওইবা লন থুম্না হিংবগী থাক লেপ্লবা অমসুং মহৈ চাবা পুক্সি পান্দম ফংবা ঙমগদৌরিব্রা? চাউরবা দর্শন শাস্ত্র খঙবা মীশক অমনা হায়, "রাজনিতি অব্রাবা মতৌ ওইবা দরকারগী পোৎশক্তি, রাজনিতি হায়বসি মতম খরদংগী ওইবা মশাগী পান্দম ফংনবা হোৎনবদা লমচৎ-শাজৎ চেকশিন থৌরাং ব্রাৎলবা মীওইবা ঐখোয়গী থৌওংনি "ইন্দিয়াগী ব্রাংমদা চৎনরিবা ধর্ম্মগী থাক ব্রাখল্লোন

অকা-অকুম রাজনিতিনা য়েৎশিল্লকপদগী থোকহল্লি"।

ধর্ম্মদা মীচং-মীখায় নাইবা লৈতে হায়না লৌরবা মহাত্মা গান্ধীনা হায়রম্মী, "নখোয়না সমাজগী, শেল-থুমগী, রাজনিতিগী অমসুং অশেংবা ধর্ম্মগী কাখল খায়দোক্লুনা অমগা অমগা ঈশিং লীৎশন্নদনা থম্বা ঙম্লোই। ঐগী মত অসুম্না ফোঙদোক্লিংই মদুদি ধর্ম্ম য়াওদ্রবা রাজনিতি মপূং ফানা মোৎলবনি, মতম পুম্নমক্তা মসি তৌরোইদৌবনি। ঐগী রাজনিতি অমসুং ঐনা পাঙথোক্লিবা থৌরম খুদিংমক ঐগী ধর্ম্মদগী ওইরকখিবনি। স্বরাজদগী ফাওবা ষন হাৎপা থিংবনা হেন্না মরুওই"। লোকমান্য তিলক্না অসুম্না হায়রম্মী, "ঐখোয় পূন্সিল্লসি অমসুং ঐখোয়গী সনাতন ধর্ম্ম শন্দোক্লসি। ঐখোয় ঐখোয়গী জাতি অমুক হন্না শেমগৎলসি, মতমগা চূশিন্নবা অমসুং পৃথিবী পুম্বা আর্য্য ওনহল্লসি"। স্বামী বিবেকানন্দনা হায়রম্মী, "হিন্দুশিংগী মরক্তা সংস্থান অমা শেম্বা দরকার লৈ মদুনা অমগা অতোপ্পা অমগা মতেং পাংনবা ঙম্বা লোয়ননা ধর্ম্ম অসি মপূং ফানা থাগৎপা তঙাইফদে"।

কংগ্রেস গোভর্নমেন্টনা য়াম্না থুনা হিন্দু পার্সনেল লো শেমদোক্লম্মী, তৌইগুম্বসুং মসিনা মুস্লিম পার্সনেল লো শেমদোক্লবগী থৌনা লৈতে। মসি ধর্ম্মদা মীচঙ-মীখাই নাইবগী ৱাফম নত্তবরা? নত্রগা হিন্দুখক্তং খনগৎলগা, অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা কাংবুবু শিংথাদনা জাতিগী থাক্কী সমাজনি হায়না লৌবা ৱাফম্না, নত্রগা ইন্দিয়াবু হিন্দু রাষ্ট্রনি হায়না খনব্রা? অদুবু মীওইবা ধর্ম্ম মখল অমদা লূপ্তুনা লৈরবা থাজরবা থম্নবা মীওইশিং অদুনা অতোপ্পা লাইনীং-লাইশোল তিন্নদবা কাংবূনা চৎপা ধর্ম্মবু তোঙান্না থম্নগা তুক্কচবগা লোয়ননা য়েংলিবা করিগীনো? মতাং অসিগা মরী লৈননা Rabia-al-Adowryya না হায়, "ঐগী হৃকচাং অমসুং আত্মা ঈশ্বরবু নুংশিবগী ৱাখলনা থল্লি মদুনা মরম ওইদুনা খুদিংমক্তা তুক্কচনা য়েংনবগী মতম ফংদে, করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈতে, ফত্তবা লাই ফাওবা ওইরগসু"।

মুস্লিম লৈবাক ঙাকপা কাংবূনা ভারত্তা খোঙদারকপা অমসুং শক্তি লৈনা পানবা হৌরকপা ফলনা হৌজিকফাওবা ইন্দিয়া অৱাবা মায়োক্লরি। খৃষ্টান ধর্ম্মনা খোঙদারকপগা লোয়ননা হিন্দু সমাজদা লাইরিক লাইশু হৈরবা কাংলূপ কয়া মেটেরিয়েলিষ্টিক (লন-থুমগী ৱাখলখক্তা খনবা) ওইরক্লম্মী অমসুং ধর্ম্ম থৌশারমদে। মিডল ক্লাসতা লৈবা ইংরাজী হৈরবা হিন্দু মচাশিং, তশেংনমক হায়রবদি মখোয় সমাজগী য়াংলেন শরুনি, মখোয়না থায়নদগী লৈরক্লবা ধর্ম্মগী চৎনবীশিং ঙাক্না চত্তবা হৌরকখিরম্মী অমসুং থৌশারমদে। ভারত অমসুং পাকিস্থান খায়দোকপা মতমদা হিন্দুগী মীশিং ৮৫% অপূনবা মীশিংগী মনুংদা ওইরম্মী। অদুবু ঙসিদি কম্যুনিটিগী চাদা ৮০% চাংগী মখাদা হম্থরক্লে। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা

মাইনোরিটি কমিটিগী মীশিং চাদা ৩০% হেনগৎলি। অসিগুম্বা চাং মান্নদবা অসি মখা তানা চখৎরকখিগদ্রা?

*The Indian Express, May 14, 1985, The Hindu factor*

হিন্দুশিংগী ধৰ্ম্মগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংদা অসিগুম্বা ফিদম্নিংঙাই ওইরবা ব্রাখল্লোন তোয়না মতম পূম্নমক্কী ওইনা শন্দোকই 'বাসুদাইবা কুতুম্বকম (the whole world is one family) অমসুং 'জীবন্তা জীব্যাসম' (live and let live) পূম্নমক অসিগী ড়লনা পাল্লম্বা হিন্দুগী নিংথৌশিং অমসুং লুচিংবা কয়ামরুম দৰ্শন সাস্ত্ররোমদা কন্না মায় ওনশিল্লম্মী অমসুং সংসার পূম্বগী ওইবা ব্রাখল্লোন চেল্লম্মী। হিন্দুগী নিংথৌশিংনা মতম পূম্নমক্তা মসজিদ অমসুং চৰ্চ শাবদা মতেং পাংদুনা লাকখিরম্মী অদুবু অতৈ অতোপ্পা ধৰ্ম্ম চৎপা কাংলূপনদি হিন্দুশিংগী মন্দির শাবদা তেংবাং পীখিরমদে। শিবাজীনা লান মনুংদা মুসলিমশিংগী মসজিদ অমসুং মুস্লিম নুপীশিং শোক্তনবা অকনবা চেকশিন থৌরাং কয়া পায়খৎখিরম্মী। খাইদোক্লবা মতুংদা হিন্দুশিংনা ইন্দিয়াবু হিন্দু ষ্টেটনি হায়না লাউথোক্তে অমসুং মীশিং য়ামদবা কাংলূপশিংগীদমক্তা তোঙানবা খুদোংচাবা কয়া পীদুনা চখৎরক্লি অমসুং মদুগী ফলনা অপূনবা মুস্লিম মীশিং ক্রোর ২.৫ ওইরম্বদগী ক্রোর ১২ দা হেন্সৎখিরম্মী। অমরোমদনা, পাকিস্তানদা লৈবা হিন্দুগী মীশিং ক্রোর অমদগী লাক্ষ ২ হন্থরম্মী। লেমহৌরিবশিং অদুগী মনুংদসু ইস্লাম ধৰ্ম্মদা ওম্থোকখিবা, হাৎখিবা অমসুং ভারততা চেল্লকখিবা ওইরম্মী।

*'দি ষ্টেটসমেন' তাং ২২/৬/১৯৮৯*

ভানু প্রকাশ সিংহ, হান্নগী নরসিংহগরগী মহারাজ ওইরম্বা অমসুং ইন্দিরা গান্ধীগী সরকারদা মন্ত্রি ওইরম্বনা অসুম্না হায়রম্মী, "পৃথিবীগী মনুংদা লৈরিবা লৈবাক অমত্তনা ভারতনা মীশিং য়ামদবা কাংলূপশিংগী য়াইফনবা থৌরাং পায়খৎপগুম তৌদে"।

কয়াগী মতিক তমথিপ্রবা অমসুং মীনুংশি য়াওদবা মতৌনো গজনিগী সুলতান মাহমুদনা মুৰ্ত্তি পুজা তৌই হায়দুনা শা হাৎপদৌনা উপাই লৈজদ্রবা ব্রাহ্মন কয়ামরুম হাত্তোকখিবা লোয়ননা সোমনাথ লাইশঙ থুগায়খিবা অমসুং মমল য়াম্লবা সনা লুপা, মনি মুক্তা কয়া লুট তৌদুনা পুখিবা শারমচৎকি মওংনি। নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেব, মশাগী ধৰ্ম্মনা পূম্নমক্তগী হেল্লি হায়না খন্দুনা হিন্দুশিংবু তুক্কচরম্মী লোয়ননা হিন্দুশিংগী লাইশঙ কয়ামরুম থুগায়রম্মী। খুদম ওইনা পনবা তারবদি বৃন্দাবনগী যোগপীঠতা লৈরিবা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরগী নিলচক্র ককথখিরম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা মুগল সম্রাজ লৈখা ইখঙ খঙহৌদনা তাখিরম্মী। ধৰ্ম্ম খুদিংমক মরম অসিনা রাজনিতিগী মখাদা মীনাইগী থাক্তা লৈরোইদবনি।

মরম অসিনা হৌজিক্কী যুগকী মীওইবা, অশেংবা হায়বা ৱাফমদগী ওন্থোক্লা থাপ্লা শম্নদনা কায়নরে, মখোয় হৌজিক অমম্বা সংসার অমদা খুন্দাদুনা লৈরে অমসুং মখোয়গী মহৈ-মশিং রাজনিতিগী নিতি নিয়ম মথোং খণ্ডদ্রবা অমসুং শেংদবা ওইরক্লি। অচুম্বা থিবগী ফংনবা পাম্বেদি ধৰ্ম্মগা লোয়ননা লাইনীং ৱাখলনা পীবা ঙমই মসিমক্তংনা মপূং ফারবা মতম কুইনা চংকদবা ওই। তশেংনা ৱাখল খম্বা তারবদি, পৃথিবীগী চাউরবা ধৰ্ম্ম খুদিংমক্লা চাওখৎপগী য়ুম্ফম ওই অমসুং মদুদা তুংদুনা লৈ। ধৰ্ম্ম য়াওদ্রবা সমাজ অমা য়াম্না থুনা নত্রগা তপ্লা মসিগী চৎন-পথাপ অমসুং নাৎকী ওইবা শক্তম মাঙলগনি।

Einstein, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী থোইরবা সাইন্টিষ্টনা অসুম্না হায়, "ঐ মপূং ফানা খঙলে মদুদি সংসার অসিদা লৈরবি লন থুম্না মীওইবা জাতিগীদমক মাঙজিল থানা লমজিং পীবা ঙম্লোই, হায়রিবা হীরম অসিগী মতাংদা মথৌ নিংথিনা পাঙথোক্লিবা শিন্মীগী খুৎ ফাওবনা পীবা ঙম্লোই। চাউরবা মীওইশিংগী ফিদম অমসুং লূরবা লমচৎ-শাজৎ চৎলবা মীওইশিংগী মতেংনা ফজ-ফজরবা ৱাখল্লোন নত্রগা পূকচেল চাউবা উৎপা থৌরম কয়া পুথোকপা ঙম্মী। পৈশানা পাম্বা পোৎশক অমা হায়রগদি ওইজবা থিবখক্তং মশাখক্তগী ওইবা অমসুং পৈশানা মহাকপু পায়রিবা মীশক অদুদা মহাকপু কল্লক্লবা য়াম্না তোয়না চৈদুনা মীতাহল্লি। খুদক্কী ওইবা ৱাখল পূক্লিংদা ফাওরকপা ৱাখল ইথিন্না হিংবা ঙম্লোই, শাশিংগী মতৌগুম, অদুনা মীপূম খুদিংমক অথিংবা য়াওদনা মশানা মশাবু পেলহঞ্জগদবনি। মী হায়বসি ৱাখল মীৎয়েং পাক চাউবা দরকার ওই মদুনা অফবা ফল পীবা ঙম্বা অমসুং মদু মশামক্কী অশেংবা অচুম্বনি"।

ধৰ্ম্মগী মীহুল মখাদা মসিনা পীবা ঙম্বা পোৎশক্তি পুল্লপ পূন্না নপশিন্নবা ঙম্বা শক্তিনি। মসিনা সমাজ অমা লিংজেল মান্ননা হিংমিন্নবা অমসুং নাৎকী ওইবা চৎন-পথাপ কয়া পোকহনগনি। মীওইববু রাজনিতিনা লান্না লমজিংদুনা মাঙ-তাক্লবা লম্বীদা খোঙদারে অমসুং মীওইবা জীব পুম্নমক মী নত্তবা শা ওলহল্লে। মসিনা প্রজাশিংবু মথৌদা থৌশারক্তবা, মশাগী ওইজবতা থিবা খুদোং থীনিংঙাই মতৌ ওইবা অমসুং মীনুংশি য়াওদবা থম্মোয় কনবা ওইহল্লে। পৃথিবী শীন্নুংনা লমচৎ-শাজৎ অচুম-অরানগী মচাক পীবা ঙম্বা নাউশুমগী মতৌগুন্নবা ধৰ্ম্মখক্তনি। ধৰ্ম্ম হায়বসি লমচৎ-শাজৎ শেমদোক্লবগী মচাক পীবখক্তা নত্তনা ভারত জাতিগী ৱাখল্লোন শাগৎনবা অমসুং নাৎকী হৌরকফম্নি। Dr. Annie Besant না হায়রম্মী, "ভারত অমসুং হিন্দু ধৰ্ম্ম অমতনি"। কনাগুম্বা মীশক অমনা, অসুম তৌদুনা ভারতকী রাজনিতিবু মসিগী নাৎকী ওইবা চৎন-পথাপ্তুগী তোঙান্না খায়দোকপ্রবা, ধৰ্ম্মদা মীচং-মীখায় নাইদবগী

মিংদা, মসিনা জাতিগী অপূনবা শক্তমদা শাথিনা শোকহল্লক্কনি, নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবদা, মশানা মশাবু শক্তাকচনবা হোৎনবদা অমসুং লৈবাক্কী নীংতম্না হিংবা ফাওবদা শীংনরক্কনি।

ঐখোয়না হৌজিক হিংদুনা লৈরিবা সংসার অসি লেপ্পা নাইদ্রবা অকিবা অমসুং হিংসানা থল্লবা মফম অমা ওইরে নত্রগা লাঞ্জাও অমসুং মসিগী চৈথেং পীননবা ঈরাং শাগৎলকপা মতৌ, ঐখোয় মসিগী মনুংদা খুদিংমক্তা অকিবা ফাওরে অমসুং ঐখোয়গী খুয়াখাদা তূংদুনা লৈরিবা খনি কয়ামরুম্সু চিংনদবা ওমদে, হাবুংগী মনুংদা চাক্তারিবা চেক্লাউবী ফাওবা ঐখোয়না শ্বর হোন্দোক হোঞ্জিন তৌরিবা নুংশিৎ অমসুং ঐখোয়না নোংমগী লেপ্তুনা শীজিন্নরিবা চিঞ্জাকশিং জ্ঞান য়াওদবা অপণ্ডবগী বাখল মীয়ামগী পুক্নিদা মায়োক্লবা নত্তনা মসি খোঙজেল য়াঙবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লি, লুশিল্লক্লি অমসুং কাহেনবা মতৌ ওইরক্লি। পূম্নমক অসিদগী নাম্থোক্লবা লম্বী ধর্ম্মগী লমদা খোঙদারগতা ওইথোকই। ধর্ম্ম হায়বা অসি হৌন-লোনচৎ থকশি-খাশি মখল অমনি মসিনা পুক্নিদা ফত্তবা থবক কয়া অমসুং বাখল মীৎয়েং শান্দবা কয়াগী মায়োক্তা ঐখোয়গী পূক্লিংবু তম্বিবা ওম্বা, অপাম্বা কল্লক-মীহৌদগী কনবা ওম্বা। মীওইবগী হকচাং শেমগৎপদা তঙাইফদনা চঙবা মচাক ধর্ম্মনা ওই। মীওইবগী আত্মানা পাম্লিবা পোৎশক্তি ধর্ম্মনি অমসুং মসিনা মীওইবগী পেলহনবা ওমহল্লি।




রামেশ্বর সনসমগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংঃ
ইংরাজীদগী মণিপুরী লোন্দা হন্দোকপা—
১। পোইরোত ইনভেস্টিগেসন—
ক্রাইম অমসুং ডিটেক্টিভকী অতেনবা ৱারীমচাশিং
২। উমংদা অরোইবা য়াহিপ—
এন্টোন চেকরগী ক্রাইম নোভেল
Death In The Forest তগী হন্দোকপা